# অহানবা ডাক্তর
# অমস্তুং মণিপুর

শোক ১৯৮২ গী Childrens' Book Competition দা
অহানবা মনা ফংখ্রবা

বিনাপাণী

| | | |
|---|---|---|
| অফোংবা | : | অইবা মশামক |
| ফংফম থোকপা | : | অইবগীনি |
| অহানবা ফোংবা | : | ১৯৮১ ইং |
| অনিশুবা ফোংবা | : | ১৯৮৬ ইং |
| অহুমশুবা ফোংবা | : | ১৯৮৯ ইং |
| মরিশুবা ফোংবা | : | ১৯৯৩ ইং |
| কোপী মশীং | : | ১০০০ |
| মমল | : | লুপা কুন |
| নম্ফম | : | ইবোয়াইমা প্রিন্টর্স, লোক্লাওবুং। |

# কচ্চবা

পাবুংগী মফমদা নচাগী অহানবা খুদোল ওইনা কচ্চরি—
"অহানবা ডাক্তর অমসুং মণিপুর"

# ৱাহৌদোক

পুন্সি ৱারী অসি ইবদা চহি চামগী মমাংদা মণিপুরদা ওইরম্বা ফিবমগী ৱারী থরা য়াওগ্রে। ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা য়াম্না হংনিংগনবা চহি মতাং য়েৌরকপা মতমদা হংজুনতা লৈখি, পাবুংনা থরা খুম্বীরমই অতৈ অয়াম্বদি ইমানা ঐগী ৱাহংগী পাউথুম পি। ঐনা থরা চাও-রক্লবা মতমদা হৌজিক্কী ডাক্তর অমসুং মমাংঙৈগী ডাক্তর অনিগী মরক্তা চাওনা খেন্নবা লৈবত্রু ময়েক শেংনা থংলে। ডাক্তর মশক খংদবা মণিপুরদা পাবুংনা অহানবা ডাক্তর ওইরুবদগী অরাবদা তারুবত্রু হায়নিংঙায় লৈতে ৱারী অসি চুন্নগী অঙাং অমদা লিরুবদা পাক থাজগদৌবা নত্তে। অমুক হন্না নিংশিংবিরৱোইদবা উনা উনা লাপ-থোকখ্রবা পুন্সি অত্রু খল্লুবদা ইনিংলকই। মণিপুরগী চীং অমসুং তম অনিমক্তা ডাক্তরগী হিদাক শিজিন্নবগীদমক অমসুং লায়য়েংদনা মরম্নায় শিজবগী মায়োক্তা লৈজবী উপায় পুথোক্কুনা হোৎনজখিবা সংস্কৃত শ্লোক অমসুং ইংরাজী প্রোভাব তোয়না শিজিন্নবা, সরকারগী তলব চারবনি হায়জুনা মপুন্সি লোম্বা ফাওবা চীংদা লৈখিবা অথাং-কনবনিবু হায়গদরা মীঙমদবনিবু হায়গদরা থংদে। অত্রুবু কুইর কুইরগা পাবুংগী অত্রুগুম্বা অতো তারবা পুন্সি অত্রুনা লোয়বদা মাগীনি হায়জুনা করিস্তু থমলমদে, সনা, লুপা, দলাজ করিমতা লৈতে অমনবা সাইকল অমা শেগায়রবা হিদাক হাপ্পা শউনগী বেগ অমা অসিদনি। অত্রুবু পাবুংগী পুন্সি ৱারী অসিদি থকপা য়াররবা অনৈবা য়াওগ্রবা ইফুৎকী ঈশিংগুম্বনি খল্লি।

লাইরিক অসি অঙাংশিংনা পাবা নুঙাইগনি খন্দুনা Children book competition গী থাগৎলুই। Manipur Education Department না অহানবা মনা পিবিরে অমস্তুং অমুক হন্না নম-থোক্নবা Publication Grant সু পিবিরে। মতেং পাংবিবগীদমক বিভাগ অসিবু থাগৎচরি।

ঐগী রারী অসি অহল্লোন খরনা থাজবিরবস্তু নহারোলশিংনদি থাজবিদবস্তু য়াই হায়না খল্লি। রারী অসি ইতিহাসকী ওইবা অচুম্বনি। ঐনা পঙ্গুরিবা শোক খরা অসি অইবা চে খরা ফংবদগী পনজবনি। লাইরিক অসি ইবদা ঐগী ইমা ভাগ্যবতি, ইবুং অহল মণিভদ্র, সত্যপ্রিয়, বিরেন্দ্রো অমদি ঐগী ইচে অহল সত্যবতি মথং-শিংনা তায়জে। খরদং লানবা য়াওরবস্তু অপাবশিংনা ঐবু ঙাকপি-গনি খনজে।

বীনাপাণী

# অহানবা ডাক্তর অমসুং মণিপুর

## অহানবা শরুক

ইংশোক ১৮৮৯ গী হিয়াঙ্গৈ থাগী নোংমা পানবা, গোবর্দ্ধন পূজা নুমিত্তা ইম্ফাল সহরদগী কিলোমিটর ৩৩ লাপ্পা নিংথৌখোং হায়না কৌবা মফম অদুদা ডাক্তর গোবর্দ্ধন পোকখি। অপোকপগী মিংনা থোকচোম চাউনু কৌই, অপোকপীগী মিংনা খম্বীম্না কৌই। লাইবক থিবদগী গোবর্দ্ধনগী মমা নৌনা শিখিরমই। চাউনুগী ইমুং ময়ায় ওইনা পাল্লি। চহি অমগী চানবা ফৌগৈ-শিঙ্গৈ চোন্না খিল্লি। মুণ্ডাই-য়াইফবা ইমুংগী মতৌগুম্না চহি অমগী চানবা অচাথাউ সের অনি-অহুম, মৈ থাননবা কেরোসিন অঙাংবা, অঙৌবা টিন অমমমদি থম্বা ঙমই। মরম অদুনা মখোয়গী ইমুং মচিন তোংবা ইমুং অমা ওইনা অহুম শিংথানরমই। গোবর্দ্ধনখোয়গী অশেংবা য়ুম্নাক্তি থোকচোমনি অদুবু হাজারিময়ুম হায়নসু খংনৈ। মরমদি গোবর্দ্ধনবু পোকপা চাউনুগী মপা অদুনা খুল অদুগী হাজারি ওইরমই।

গোবর্দ্ধন্না মীয়োল তান্দ্রিভৈদা মণিপুরদি মীথা পোনগ্রে। য়ারী ওইনা তায়; অদুঙৈ লান কয়া'ম শোক্লখি— চহি তরেৎ খুম্ভাকখি, কল্লকখি য়ুমলোন্নবা লৈবাকশিংনা মৈতৈগী থৌনা,

লিংজেল। ভারত নোংপোক চিদাইদা লৈবা পিল্লবা লৈবাক মণিপুরগী মনিং মখা তম্বগী অরোইবা লানদি চাওখৎপদা মপা লৈত্রবা অংগ্রেজ সরকারগা শোক্লবা তাখি। তোকপগা কৈগা কাওনবগুম্বনি……।

অংগ্রেজশিংগী লৈঙাকলোন চংখোল্লি হায়নবসু য়াওই, অহুম্নদি ওইরবদা মণিপুরীশিংদদি হীরম খুদিংমক্তা ওম্থোক্লা তোঙাল্লি। মখোয় লৌনম চাওই, লৈবাক কয়াবু নমদুনা মীনায় ওইহল্লি— অহাংবা অতিয়াদা মনিং তম্না পাইজবী তেনবা কৌবী চেক্লাবু মরোল তম্বীগে হায়দুনা পোন মনুংদা হাপচিনবীবা তারবদি অদুগুম্ব মীশক অদু কৈদৌঙৈদসু মরুপ নত্তে।

মতম অদু খম থেংনা লৈতাদবা মতমনি। মীখা পোনবা, মীনায়, ফাঁসি, ফিরিঙ্গিগী চৈফু, হৌগৎপা ওমদনবা সুহৎখি মণিপুরীবু, থক থক নিক্লা খাংখি; মরু লুকখ্রবা প্রজাশিং।

অসিগুম্বা মতম অসিদা মৈতৈশিংনা ধর্ম্মগী থবক্তা হেন্না পুক্লিং থিংজিল্লি— গীতা, মহাভারত, রামায়ণ অমদি অতৈ ধর্ম্মগী লাই-রিকশিং; দেবতাশিংগী মপোক নুমিৎশিং পালন তৌই। কৃষ্ণজন্ম, থৌরাণীজন্ম, বামোনজন্ম, কাং, য়াওশং, হরি সয়ন, হরি উঠান, ঝুলোন, রামলিলা, গোউড়লিলা, বায়ল্যলিলা, যগশেনবা অমসুং উদুখোন খুরমলি। মতম অদু গৌড়িয়া ধর্ম্মগী য়ক্ লাওশিল্লকপা মতমনি।

অদুবু খ্বায়দগী হেন্না ঙকপদি মৈতৈ পুম্নমক্না লায়নিংথৌ সনা মহিরেল, নোংদা লাইরেল পাখংবা অমদি অতৈ উমংলাই পুম্নমকপুসু থাদোকপা ইঙম ঙমদবগুম তৌই। জন্ম কর্ম্ম পাংথোকপা খুদিংদা গৌড়িয়াগী অমদি অতৈগী অনিথোক্না কৎলি।

সাহেবনা সাসন পায়রব। মতুংদা চহি মঙাতা ঙায়রিবা চুড়াচান্দবু নিংথৌ হাপখি। অঙাং ওইরিবা মহারাজ অসিগী মহুৎ শিন্দুনা পোলিটিকেল এজেন্ট, হায়বদি ময়াম্না খংনবা বর সাহেব অমসুং স্নুতো সাহেব অনিনা লৈবাক ঙাকখি। লৈঙাক্লোন হান্নগা হাইফেৎ মান্নরবসু মরম চাবা চাদবা থবক মওং খরদি হোংদোক হোংজিন তৌবদা সাহেবনা করিস্নু নাচুংদে। মতম অসিদা মীচম প্রজাশিং, খুঙ্গংগী প্রজাশিং য়াম্না পান-লন্না পাঠশালা তম্বা হৌই। নিংথৌগী মচা মশুশিংদি তোঙান্না লাইরিক তমই। ইম্ফালদা জোনষ্টোন সাহেবনা লিংখৎপিবা স্কুলদা মিদল ফাওবদি তম্বা ঙমই। বেঙ্গলি সংস্কৃত নত্তনা মৈতৈনা ইংরাজী তম্বা হোৌগৎলকপদা মৈতৈ-শিংনা মচা-মশু পুম্নমক লাইরিক তম্বা তোকহন্নে। অমুক হেন্না লৌরায়-থৌরায়, লৈরক-খুল্লক্তদি অংগ্রেজী তম্বা সুকপাম পাম্নদে। অংগ্রেজ অমাংবা জাতিনি অদুনা অংগ্রেজী ময়েক মাংই হায়না লৌনৈ। তশেংনা হায়রবদা মৈতৈশিংনা ফিরিঙ্গি সরকারবু কি-তুকচবা মীৎয়েংনা য়েংই। থম্মোয় চেৎপা, হায়খিবা রা হোংদবা মৈতৈশিংবু সাহেবশিংনা মওং কয়াদা চাংয়েং তৌহনা য়েংই অদুবু কাম্নদে।

ধৰ্ম্ম শন্দোকপা লাক্লমই পেটিগ্রু কৌবা সাহেব অমা। মৈতৈ ইমুং অমতগী সুমাং ফাওবা চংবা ঙমখিদে। খোঙ্গুল ফাওবা ঈশিংনা চামথোকখি। গঙ্গাজল চাইথোক্লগা শান্তি হায়দোকখি। মহাক্না ধৰ্ম্ম শন্দোক্কে হোৎনবা অরেম্বা তাখি।

অচম্বা স্কুল মচা অমতং লিংখৎলম্লগা মহাক হনখি। অংগ্রেজী লাইরিক ইমুংদা পুশিন্নদে। অংগ্রেজশিংবু মৈতৈনা মপানথোংদতা নত্তনা নুংগী ওইনসু য়ানিংদে। মতিক চাবা খুজু খুৎলায় লৈজদবনা মায়য়োক্নবা লানফমদা মায়থিখিবনি। অংগ্রেজ চাওখৎপদা মপা লৈতে অদুবু থম্মোয়গী ওইবা ফজবা গুণদি য়াওদে। অচম্বা পুন্সিদা পেন্থোকপা ঙম্বা মৈতৈগদি য়াম্না লাপ্পে। মৈতৈ অহল লমনশিংগী শিংলিদা অশাবা ঈগী ঈচেল চেল্লি। মণিপুর বৃটিশকী লোয়লম ওইরে। অদুবু মসিদা হিদাকপু ফিদা তিন্নবগী রাফমদি য়াম্না রাৎলি। মসি মরম য়াম্না য়ামই।

খুঙ্গংগী মচী মচীদা পাঠশালা তম্বা হৌনরকপা মতম অসিদা গোবর্দ্ধনসু তম্লমই। অদুগা পাঠশালাগী অরোয়বা পরিক্ষা পীবদি ইম্ফালদা পীবা তারমই। খুঙ্গংগী ওঝাশিংনা পরিক্ষা লোবা য়ারমদে। গোবর্দ্ধন পাঠশালাগী অরোইবা পরিক্ষা অদু থানবগীদমক ইম্ফালদা চৎনবা শেম শারমই।

নিংথৌখোংদগী ইম্ফাল য়ৌবা অসি খোংনা অয়ুক অঙনবদগী চৎলবদি নুমিদাংরাইরম থুংই। কনাগুম্বনা ষণগাড়ীদা চৎপসু য়াওই।

পাঠশালা করিনো, পরিক্ষানা করি কান্নৈ, লাইরিক হৈরগা করি কান্নগনি কনাস্থু করিস্থু হায়বিদে। লৌরায় লমদা লৈবগী হৌনবা চীংদা শীং চনবা অমদি যণশেনলেংগী অকনবা নিয়ম লৈ। নোংমগী চরু ককপা, যণশেনবা, শিং চনবা খুঙ্গংগী অঙাং পুম্নমক্কী মথৌনি। গোবর্দ্ধননা হায়রিবা থবকশিং অসি লোইনা তৌই। অদুবু মহাক যণ শেন্না শেম্না শুপ্লাক ঔরাই—মমিৎ উইশিন্দুনা মচিন্দা মুরুম-মুরুম শোল্লি। ঙরাং পাখিবা বনান ঙসি নীংশিংই। লম্মৈ থাবগী তাঙ্গোয় পাইথোরকই অমগী মথংদা অমা—অনি অনি পুন্না। গোবর্দ্ধন্না তান্নদুনা মশিং থিহৌই, তাঙ্গোয় অমফাওবা নাম্থোকখিদে খুৎলৈ থুনা মখোয় খুদিং মশিং থিহৌই।

পোইনু লৌরোক লৌয়ৈ লোয়রকপা মতমদা খুনগী মী খুদিং অরা পোথানৈ। অঙাং মপৈ মপৈনা নুমিদাং চাক ঙায়বা ওইনা থোঙ্গালদা, সোরোক্তা ঈকু মপৈ মৈ থারগা ইকোয়-কোয়না ফমই। গোবর্দ্ধনগী মমান্নবশিংনা মাবুস্থু কৌথোকই অদুবু ইস্কালদা পরিক্ষা থাবা চৎকদৌরিবা গোবর্দ্ধনদি ময়ামগী মরক্তা য়াওনিংদে, মরম অদুনা মমান্নবশিংনা মহাকপু চৈ-চৈদুনা চৎখিরমই। পাঠাশালাগী অরোয়বা চহি য়ৌশিল্লকপা মতম অসিদদি মহাক্না লাইরিক তম্মীন-নবা মমান্নবস্থু অয়াম্বনা লাইরিক তম্বা তোরুখিরমই। ওঝাশিংনা গোবর্দ্ধনবু য়াম্না চানবি। মহাক হায়বা ইনবা নোল্লকপা ছাত্র অমনি। স্কুলদা খ্বায় পুম্নমক্তগী মহাক্না ইহান হান্না পারা পাহল্লি।

মহাক য়াম্না পেনগনবা মীনি। ওঝা গুরুশিংনা থরদং থাগৎপিবা

হরাওবনা লুতোন শাৎলি। মপুক্লিংদা অকনবা রাশক লৌই—

"ঐ নুমিৎ খুদিংগী পারা ফাগনি।"

রাকচিং থাগী উন য়াম্না তাবা নুমিৎ অমদা গোবর্দ্ধন ইম্ফাল তান্না পরিক্ষা থাবা খোঙনা চৎখি। খুরুম, খুগ্রাং তোংদে, শুপ্পগী ঙবোং ঈন্নফি অমা, খুদৈ অমা শেৎ, মপুক্লিংদা অকনবা রাশক অমগা লোয়নরদুনা মহাক ইম্ফাল তান্না খোঙশানখি।

পরিক্ষা অদুদা মহাক্না মকোক ওইরে। চম্নবা পুন্সি অদুদা অপিকপা মঙাল অমখক্ ঈশ্বরনা পিনবিরে। অমৃতগী মহাও খজিক্কুং তংলুবদা হেন্না হেন্না থক্লিংবা পোক্লে।

অসুম্না লাইরিক তম্বা হায়বসি কয়ামুক কান্নবগে কান্নগদগে খংনদবা মতম অমা ওইরবসু মকোক ওইবা হায়বসিগী নুঙাইবগী শরুক অদুম য়াওই। মহাক মখা অদুম তমথনিংখি। ভুবোনসিং অঙম্বগীদা শঙ্গোয় কাতুপ অমদা তাংদুনা লৈরগা জোনষ্টোন স্কুলদা মখা তমথবা হৌখি। মশাগী চাক থোংবা, ফী শুবা পূম্নমক তোর-বগী মতুংদা লাইরিক্তসু ময়াম পূম্নমক্কী মকোক ওইগনি হায়না নিংলমই। গুরুজনশিংনা তাকপিবা সংস্কৃতকী শ্লোক অমা চিনক্কা পুখি মদুদি— "অর্জ্জুন নহাক করি উই" অর্জ্জুন্না তেন কাপ-লমদাইদা দ্রোনাচার্যনা হংখিবনি। খুমখি "গুরুদেব ননায় ঐহাক উচেক্কী মকোক অদুতমক উজে" মহাক্না খনখি তৌগদৌবা অসিমক্কি।

সনা খোংনাং পাম্বী মচাদা মতাং চানা ঈশিং চায়বীবগুম থোকখি অসিগুম্বা শ্লোক অসিনা। স্কুলগী মমাম্নবশিংনা "বুক ব্লারম" হায়বা মিংথোল অসি পিখি। মিডল স্কুলগী অহানবা চহিদা বিগিনরস ইংলিস গ্রামার লোয়না খংজরে। অতোপ্পা হাম্লার গ্রামার অমা পিবিয়ু হায়না বেঙ্গলি ওজা অমদা হায়জখি। অহুগা মথংগী চহিদনা এলজেব্রাগী লামায় মকোক্কগীনা লোয়বা ফাওবদা কনাদস্থু হংজ্রবস্থু য়ারে হায়না মথন্ত খঞ্জখি।

ইংশোক ১৯০৯ দা পুন্সিগী অসিগুম্বা মায়পাকপা অমমুক ফংজখি। চহি অসিদা ফাষ্ট ডিভিজন্দা ভমলে হায়দুনা লুপা ৪ থা খুদিংগী পিবনা চহি মরি চুপ্পা পিগনি হায়দুনা সারটিফিকেট অমগা লোয়নবা চেরোল খংহনবিরকখি।

## MIDDLE SCHOOL EXAMINATION
MANIPUR

Certified that Gorbhadhon Singha age 15 year from Johnstone School passed Middle English/ Middle Vernacular School Examination held in the month of April 1909 and was placed in the First Division. He had been awarded a scholarship of Rs. (four) monthly for four years.

Superintendant
Manipur State

জোনষ্টোন স্কুলদা ক্লাস নাইন তম্বা হোৌগৎলকপগী মতম অদুদা পানা মরিমক্তা লৈবা অঙম অথৌশিংনা মহাক খর খর শক খংবিবা হোৌখি। নোংমা মহারাজ চুরাচান্দ অমদি মতম অদুগী বর সাহেব সেক্সপিয়ার অনিমক পুন্না স্কুলদা লেংবিরকখি। লৈরমলিবা ওজা ছাত্র পূম্নমক ইলাং লাংনখি। মহারাজনা হায়বিরমই—"ঐখোয়গী ছাত্রশিংগী মরক্তগী অফবা খর খল্লগা ডাক্তর তম্বা মনুং-লোমদা থাবা তারে।"

তৌইগুম্বস্নুং ডাক্তর তম্নবগীদমক মেট্রিক পাস তৌরবা ছাত্র অমতা লৈরমদে অদুমকপু বর সাহেবনা শিনবিরমই। অফবা ছাত্র খর খল্লগা মেট্রিক্কা মান্নবা পরিক্ষা অমা লৌগনি হায়না। ছাত্র খর কৌশিল্লমই। চাংয়েং অদুদা ভুবোনস্না অমদি গোবর্দ্ধন মায় পাক্লমই। থোইদোক্না গোবর্দ্ধনদা রাহংশিং করিস্নু লুনা থোকত্রে। মহাক্কী পাওখুমচে অদু মুন্না পারবা মতুংদা মহাকপু কৌশিনখি—চাওখৎপদা মপা লৈত্রবা সাহেব অদুনা মমাংদা খুদৈ চোস্তক্লা শেৎ, ঙবোং অমা ইল্লদুনা লেপ্লিবা নুপামচা অদুদা শংত্রিক্লা য়েংখি। মনুং ফাওনা উখি চাওখৎপদা শোৎখহৌরবা লৈপাক অসি য়াম্না থুনা চাওখৎলক্কনি। শুংদোক্কবা সনা মরিক মরিক মফম অসিদা ফুমদুনা লৈরি। মচিন থোক্লা হায়দোকখি—"ভেরি গুড"।

অদুবু ছাত্রশিং রাখল তৌনখি। গোবর্দ্ধন চিংনখি, মরমদি মখোয়না থাজনৈ ডাক্তর হায়বা অসিদি অশি-অনা পায়বা,

চৎনরিবা অমাং-অশেং খায়বা সমাজ অসিগী মায়য়োক্তা লৈবা থবক্নি। নিংশিংলমই চৈরাক পিখিবগী ৱারী, সমাজদগী ইন্থোকপা, শোক্লদবা, তিন্নবীদবা অসিনচিংবা নিংশিংবতদা মতু চুংই। কৈথেল্দা ফৌবা, খোঙ্গোয়নবা য়াইরিনা কনবা. অসিনচিংবা। ছাত্রশিং মচি মচিদা চিবোন চিবোন ঙাংনখি। পূন্নমকী মাংদা গোবর্দ্ধন লুকথহুনা রাখল খল্লি।

"ডাক্তর হায়বা অসি ফগদ্রা"।

গুহা মনুংদগী কৈদৌঙৈদসু মপাল থোরকখিদ্রিবা তিল অমনা গুহা অদুগী অকোয়বদা করি করি লৈরমগনি হায়না খল্লি। মমৈথংদা মহাক্না খনখি, "ঈথক থোংবশিংনা ঐবু থাজবিরে থাজবসি ঐহাক কৈদৌকৈদসু মাংহল্লোই।"

মথংগী থাদা মহাক খোংশানবা তারমই। অঙম অথৌশিংনা দিব্রুগরগী Beery White Medical School দা সিট কনবিরমই। ডিমাপুর তাবা অনৌবা লম্বেলদা যণ গাড়ীনা থা অমা চুপ্পা চৎকদৌ-রিবনি। চফু উয়ান, চেং হৱাই, ঙমু লৈরা করিগুম্বা না-য়েক্তুনা চাক থোংবা ঙমদ্রবা মতমদা চানবা চেংপাক চিনি অঙাংবা পূন্নমক চীথ-দনা লাংশিল্লমই। মরমদি সাহেবকী লাইরিক তমফমদাময়াম পুন্না চাক ঈশিং চামিন্নবা য়াদে হায়না অহলশিংনা থিংলমই। পূন্নমক অসিগী খরচ ওইননবগীদমক থা খুদিংদা বৃত্তি লুপা ১০ ফংলমই। অদুগা করিগুম্বা মাগী খরচতগী লেমহৌবা শেল খরা অদু মহাক্না য়াম্না

চেকশিন্না তুংশিন্দুনা থমলমই। অশংবা মতমদা সংস্কৃততা ইবা গীতা পুথোক্তুনা পায় শ্রীমদ ভাগবদ গীতাদগী হেনবা অতোপ্পা লাইরিক অমমুক লৈতে হায়না মপুক্লিংদা খল্লমই।

অহুম ওইনমক ডাক্তর তম্বগী অনিশুবা চহিদদি হাপ-পেণ্ট শেৎপা হৌরে। দিব্রুগরর Beery White Medical School দা মহাক্কী খ্বাইদগী হেন্না নুঙাইতবা থৌদোক অমনা মহাক্কী মরুপ ভুবোনস্না কায়নবা অসিনি।

তম্বা হৌগৎলকপগী অহানবা চহি লোয়রমদাইদা ভুবোনস্নাদি তমজররোই হায়না মণিপুর থোকখ্রে। অদুবু গোবর্দ্ধন-না মরুপ অদুদা থরদং খাংবিদুনা কোর্শ অদু লোয়থোক্লবা হায়জবা মতমদা য়াম্না হৈনখ্রে হায়না থুমবিরকখি। মহাক মথন্তা ঙায়হৌখি, নায়তোম ঙাহৌখি। টেবলদা তারিবা লাইরিক খর অদুগা মরুপ ওইখিরমই। মহাক মফম অসিদা মহৈ তম্বা লাকপনি হায়বসিগী রাখলদা অরাবা খুদিংমক খাংলমই।

ডাক্তর তম্বগী ছাত্র অমা ওইরিঙৈদগী হৌনা মৈতৈ সমাজনা হায়জিনগী মরমদা কয়ামুক চম্না অমদি থৌশাদনা লেলহৌবা পুন্সি মরেল নিংশিংখি। অকিবা পোকখি; হুয়িং তোংবা পোৎ অমদি পুথ্রিগী ঈশিং শিজিন্নবা খল্লুবদা ইনৈ নৌনা কিরকখি। মহাক মশামক অদুগুম্বা মফমদা চাওরকপনি। তবোব তবোবপা অঙাং কয়া শিখি, মৈতৈনা হায় অঙাং শিবা লায়চৎনি। খোংহাম্বদা চহি

খুদিং কুফাং চন্না পোৎলোয়নবনি। উপায় লৈতে থোঙ্গান্দা ধুপ থাদোকই, হরিনাম ভজনা শোল্লি। অদুবু করিস্নু কান্নদবনি। চাবোকপী কয়ানা মথাদা মচা কোনবা ফংদনা শিখিবা মমিৎমক্কা উরক্লবনি। তামহৌরবা মরৈবাকপু অসিগুম্বা অকিবশিং অসিদগী কন্নিংথি। তম্বা লোয়নিংবনা মহাক মতম খরা অদু ফাওবদা ঙায়ঙমখিদে। থবক অসি তৌননবা ঈশ্বরমক্কা মঙোন্দা শিন্নবগুম খনথি।



## অনিশুবা শরুক

ইংশোক ১৯১৪ দা গোবর্দ্ধন এলঃ এমঃ পিঃ পাস তৌহুনা মণি-পুরদা ডাক্তর ওইনা থবক তৌরে। —অহুবু অরাবদি মহাক্না য়াম্না নুংশিজররা মৈতৈ সমাজনদি মহাকপু ইন্থোকপিরম্লে। মসি অরাবনি অমাং-অশেংগী রাফম্না য়ক লাওরবা মৈতৈ সমাজনা ডাক্তর হায়বসি অমাংবা জাৎ তারবা মীওই অমা ওইনা লৌখ্রে। নোংমম্তু মহাক্না ছুটি থোরকপা নুমিৎ অমদা অসুম্না থোকখি—কাং মতমনি মতম কুইনা ময়ুম, মরমদম থাদোক্লুরবনি, কাংগী কুম্মৈ য়েংনিংলমই। মথন্তু শোরোক্তা তপ্পা চৎলমই, মহাক মী খরা কৌনরমই। মখোয়-শিং অহুনা মডোন্দগী য়ারিবমখৈ লাপথোক্লবা হোৎনবহু মহাক্না উরমই। ডাক্তরগা খঙনবা বামোন নুপী অমসু থেংনরমই, মহাক্না হায়রমই— "থৌরনি খেচুরি খর চাগে" মখোয় অনি থৌরানিগী য়ুম ফাওবা চৎমিন্নরে। তৌইগুম্বসুং থোঙ্গাল য়ৌরবা মতমদদি থৌরানিহুনা হায়রকই— "নং অসিদা লেপলমউ ঐহাক খেচুরি পুক্কে নংদি মাংলবনিনা থোঙ্গাল মনুং চংলকনু।"

ডাক্তর গোবর্দ্ধনগী মশা খংহৌদনা শোম্থখি, ডায়হাক অহুদা করি খুমগদবনো খংদনা তুমিন্না লেপ্তুনা লৈখি। মহাক খেচুরি চানিংদরে অহুবু থৌরানি ইবেনি য়াম্না নুঙাইরোই খন্দুনা পেপ্তুনা লৈখি। করি মরমগী মহাক অমাংবা মী ওইগনি, মহাকী মরাল করিনো হায়না হঞ্জিন হঞ্জি খন্দুনা লৈরমই। দিব্রুগর মেডিকেল

কোলেজদা ডাক্তরগী ছাত্র অম্বা ওইন-ওইনা অমাং-অশেং খায়রবা মৈতৈ সমাজবু কিবনা মহাক হোষ্টেলগী চাক চাফমদা চাদহনা মথম্তা হোষ্টেলগী মনাক্তা লৈবা গুহা অহুগী মপান্দা মথম্তা চাক থোংহনা চাখি। মুমিৎ অদুগী অহিংচুপ্পা খল্লগা মতুংদা মপুক্লিংদা নিংথেমদা রাকৎলুবা তায় হায়না লেপলমই। নোঙাল্লগা থিন্দনা রাকৎচে অদু ইখিরমই অমস্থং মদু পুহনা সনাকোনুংদা চৎলমই। মহারাজনা মথরাই রাজবনা মকশিল্লবা মায়থোং অদু উবদা মপুক্লিং থেমজিনবিরমই "নহাক করিস্থু রাগনু ঐনা পুম্নমক শিনবিগনি।"

য়াম্না থুনা মহারাজনা ব্রহ্মসভাদা য়াথং তৌরমই। নুমিৎ নিনিগী মতুংদা ব্রহ্মসভাদগী চে থোরক্লে— "গোবর্দ্ধন ডাক্তরবু করিগুম্বদা কনাগুম্বনা মাংই হায়রবদি নিংথৌগী অকনবা চৈরাক ফংগনি। মহাক মাংদে।" চে থেৎখি মফম মফমদা খোংনাং পাম্বী মথক্তা য়ানখি কৈথেন্দা য়ানখি অদুগা কোপী অমস্থু মশাগীদমক পিরকখি।

চে থেৎলবগী মতুং অসিদদি মঙোন্দা কনানস্থু ফোংনা মাংই হায়খিদ্রে। অদুমকপু চৎলুবা য়ুমথোং খুদিংমক্তা মহাক্না থংলমই মদুদি মৈতৈ সমাজনা মহাকপু কী-তুক্কচবা হায়বদু ওইরে। ডাক্তর গোবর্দ্ধন ইম্ফালগী ডাক্তরশংদা পংকুই কুইনা থবক তৌখিদ্রে। মরমদি মহাক মৈতৈ মচা ওইবনিনা মণিপুরগী অতৈ খুঙ্গংদা লায়েংবা তারবদি মানা চৎপনা শাফগনি হায়না অঙম অথৌশিংনা খল্লরমই।

মতম অদুদা লোক্লাওবুংদা ইংখোল অমা ইনা কুপ্পা কা মওাগী য়ুম য়াওনা লুপা চনিদা লৈবা ফংলে মরম অদুনা মহাক অমুক হন্না মীগী ময়ুমদা তাংদুনা লৈত্রে। অহল লমন লৈতবনা মরম ওইদুনা মহাক্কী মচেম লৈমনা মহাক্কী য়ুম অদু কোয়বিয়মই। অহানবা ওইনা মাগী থবক পুবা অসি ককচিংদা হৌই। মতম অসিদা ককচিং-দা খোংহাম্বা অনাবা অচৌবনা তত্তনা শন্দেক্তুনা মী য়াম্না শীনবা মতম্নি। ষণগাড়ী অমদি দোলায়দা পুগদোবা পোৎ মখৈ হান্না থাগ্রগা মশানা কোম্না চৎকনি। ষণগাড়ীনা ককচিং য়ৌবদা নুমিৎ নিনিদি শোয়দনা চংগনি। পোৎ-চৈ য়ৌগদবা নুমিৎ অদুদা মহাক মশাদি শগোল কন্না থৌদুনা চৎকনি। সাহেবকী ফিজোন্দু টুপি রেষ্টকোট তায়নচিংবা পুন্দুনা কন্না শগোল থৌদুনা চৎলিবা অহানবা ওইনা থোরক্লিবা ডাক্তর অসিবু মীয়াম্না লেপ লেপ্তুনা য়েংনখি।

ককচিংদা লৈরবগী মতুংদা মহাক্না ছাত্র ওইরিঙৈদগী খল্লকপা শোৎথহৌরবা মৈতৈ সমাজগীদমক তৌবা য়াবা থবক থরদি খুৎমাবা হৌরগে খনখি। ককচিংদা লৈবা মতমদা ডাক্তরশং ফজনা লৈতে লৈফম মুংঙাইতে। মথুত্তা হিদাক মরাং কায়না লৈতে। অদুমকপু হোৎনখি মহাক্না অঙম্বা উপায়মখৈ পুথোক্তুনা হোৎনখি। থবক সুমিন্নবা খুৎলোয়রবা তোমাল বাবু কম্পাউণ্ডরনা মহাকপু মতেং য়াম্না পাংখি। অথেংবা অহিং ফাওবা তোমালগা তত্তনা রারী শানখি।

"তোমাল নংসু খল্লু করম তৌগনি নত্রবদি ইমুং অদু অশি অনা য়াওরগনি।"

"ডাক্তর মরিং হায়বা জাৎ অসিদি য়াম্না শাথিবা জাৎনি। ঐখোয়না হায়বা পাক য়াগদবা মান্দে। তৌসি হায়রগদি নিংথেম পিশক মহারাজ চুরাচান্দ-দা হঙ্গৎকনি হায়না কিহনসি— অদুম্না তৌরবদি মখোয় কিদুনা য়ারকপস্লু য়াই।"

"ফরে মদুমক ঐখোয় তৌরসি।"

মহিং খুলদা য়ুম অমগী মনুংদা অনাবা ময়াম লৈরিবসি মতম য়াম্না কুইরক্লবনি। নোংমা ডাক্তরনা নুমিদাং খোংনা কোইথোকপা চৎপদা থেংনরুবনি। য়ুম অদু য়াম্না চাওবা ইনা কুপ্পা য়ুমজাও অমনি। চাওখ্রবা য়ুম অদুদা সুপ্পগী চংননবা থোং অমতমক পাল্লি। মঙ্গনা মপান্দগী য়েংবদা করিস্লু উবা ফংদে। অদুবু মখোয়না হায়বদি য়ুম অদুদা চাওরাক্লা মী হুন্ফু নত্রগা হুন্ফুতরাদি লৈরে। ডাক্তরনা ইমুং মনুং অদু অমুক্তা চংগে হায়দুনা চংলুবা মতমদা অমম্বা মরক অদুদা অপিকপা, থর চাওবা অঙাং তরা হেল্লা কংখু খুনরি আজমানা নারবা মী থরস্লু লৈরমই। ডাক্তরনা ইমুংদগী মপান থোরক্লগা নুংশাস্বোর শাংনা হোল্লগা হায়খি—

"য়ুম অসি মঙাল অমসুং নুংশিৎ অনিমক অমতা ফংদ্রে মসি হান্না শেম্বীখো নত্রবদি করিস্লু কান্নররোই।"

অদুবু য়ুমগী খ্বাইদগী অহল ওইরবা য়ুম্নুরেল অদুনা য়াখিদে।

"করিগী য়ুম হোগায়গনি। মরিং মাইবা কৌরগা ইরাৎ পুজা তৌরগা মরম্নায় ফজখিগনি।" অসি হায়রগা অহল অদু থুমোক শাদুনা অদুমক তুমিন্না লৈখি।

মহাকপু কনানস্থু য়াহনবা ঙমলোয় হায়বসি থংখি। ডাক্তরগী উপায় লৈখিদে। নোং ঙানবদগী ললোনবা নিপা অমনা লুবাক কোক্তা থোংহুনা লরায় কোয়রেল পাবমখৈ ললোনবা চৎলুরগা শেল্লেপ মাংনা য়ুমদা হল্লকপগুম মায়থোং মক্না য়ুমদা হল্লকখিবনি।

অহুবু ঙসি অমুক হন্না মফম অহুদা চৎতুনা তোমাল বাবুনা তাকপা লৌশিং অহুগী মতেং লৌরগনি। গীতাগী ৱা নিংশিংহুনা অমুক হন্না য়ুম অহু তান্না লাকখি। নুমিৎ অহুমক্তদা মফম অহুদা ইরাৎ চবানগী থবক চৎথরমই। ডাক্তর মশামকস্থু লাই খুরুম্বা অহুদা য়াওশিল্লমই। হায়বদা কান্নবা ৱা অমা অনিস্থু হায়রমই—

"য়াম্না ফৈ য়াম্না ফৈ, ঐখোয়না অৱাবা তারবা মতমদা ঈশ্বরবু খক কাওরোইদবনি।"

লৈরিবা মওং অহুদা মহাক্কী পাউতাক লৌবিগদবা মওং উত্রহুনা মহাক তুমিন্না অহুম্মক হনবা তাখি। নুমিৎ অহুগী নুমিদাংদা তাঙ্গা অমা ফংবদগী মরিং খুলগী মী অমা ডাক্তরগা ৱারী শানরমই। খুদোংচাবা অসি নাম্থোকহনবা য়াদ্রে খল্লহুনা ডাক্তরনা নুপাহুবু কৌশিল্লগা ফমহল্লে অহুগা থক্নবা চা মগ অমস্থু পিরে। মরিং নুপাহু ক্ষম্বদি ফমই অহুগা চাগী মগ অহুদি লৌদে। মহাক থকউ হায়রবস্থু য়াদ্রে। ডাক্তরনা মমৈথংদা··· "ডাক্তর হায়বসি করিনো অমস্থুং মহৈ অসি তম্নবগীদমক মতম চংনা ইরৈবাক থাদোক্তুনা মহৈ অসি তমলুনবা সরকারনা য়ারহুনা শেনথং পিরবা অমদি চুরাচান্দ মহারাজনা মাংদে হায়হুনা লাওথোকপ্রবা মীওইনি

হায়বতু মথংশিংনা হায়রকই। অরোয়বদা ডাক্তরনা রাহৈ খর অসিস্তু হায়খি মতুদি—

করিগুম্বা মরিং খুঞ্জাওগী তোম্বগী ইমুং-মনুংদা অশি-অনা য়াওরবদি থুনমক মহারাজদা তাকলুগনি অতুগা মতিকচাবা চৈরাক পিহনগনি।"

নিপা অতু তুমিন্না হনখিরমই। নিপা অসিনা পাউ অতু খুল শিনবা থুনো শন্দোকখিবমাল্লে। থিন্দনা ডাক্তরনা পাউ ফংলমই মতুদি মরিং তোম্বগী য়ুম নুংশিৎ চংনবা মখুল হুৎলে।

অসিগী মতুংদা ডাক্তরনস্তু নুমিৎ খুদিংগী চৎতুনা লাইয়েংবগী থবক চথবা হৌরে। হিদাক লাংথক নিংথিনা থাবা হৌরে। ফনা কন্না হোৎতুনস্তু অপিকপা অঙাং অনিখক্তি অরোইবা ফিবমদা ফংলুবনা কনবা ঙমহৌদ্রে। ডাক্তরনা ইমুং অতুদা লৈরিবা অজমানা নারবা মীওইশিং অতুদা পাউতাক পি

"লাইনা অসি নারবদি অশেংবা নুংশিৎ ফংনবা য়ারিবমখৈ হোৎনগদবনি।"

ফী তংখায় শেৎপা মশম রাংনা পুনবা মরিং মুপা, নুপী, অঙাং-শিং পুমকোই কোয়শিন্দুনা ডাক্তরদ' ঙক্না য়েংলি-তারি মহাক্না ঙাংবা পুম্নমক মখোয়না খল্লি থাজসিরা? অচুম্বদি মাল্লিদা।

চহি খুদিংগী সরকারনা লেপ্তুনা ডাক্তর তম্নবা ছাত্র থাদোক্লি। অনৌবা ডাক্তর খর থোরক্লবা হৌরে। ডাক্তর নিংথৌজম লৈরেল, ডাক্তর লাইশ্রম কীর্ত্তি, ডাক্তর ভৈগ্য সিংহ, ডাক্তর লমাবম কমল অমস্তুং ডাক্তর তোনস্না অসিনি।

ডাক্তর গোবর্দ্ধন অমস্তুং লৈরেল ডাক্তর মখোয় অনি য়াম্না চাম্নরক্তই। অনিগী মপুক্লিংদা অমনা অমবু থাগৎনরমই। মুংশিনবা মরুপ মপাং ওইনা ত্তিন্নবগী মথক্তা লৈরেলগী মচল নুপী তম্পাক-লৈমবু গোবর্দ্ধনদা থাজখি। তম্পাকলৈমনা মচা নুপা অমা নুপী অমা পোকখি। য়ুম পানবদা অকায়বা মরম খর লৈবদগী ডাক্তর গোবর্দ্ধন উরিপোক্তা লৈবি পাউনম নিঙোল ভাগ্যবতি দেবীগা লোয়নননা অমুক হন্না লুহোংখি। ভাগ্যববি দেবীনা মচা নুপা মরি নুপী অনি পোকখি।

সরকারগী তলব চারবা ডাক্তর গোবর্দ্ধনগীদমক মফম অমদা তং-তানা চহি অমতা ওইরবস্তু অনি ওইরবস্তু লৈবগী খুদোংচাবা ফংদে। হুকুম হৌজিক ফংগনি হয়েং লৈরম্বা মফম থাদোক্তুনা চৎকনি। অদুবু মাগুম্না সরকারগী মথোং মরম খংদনা হুকুম ইল্লু হায়বা য়াদবা ডাক্তর অমদি লৈরেলনি। হুকুমগী মায়য়োক্তা রা ঙাংবা ঙম্বা থৌনাফবা ডাক্তর অসিনা চীংদা চৎলু হায়ত্নুনা হুকুম থোকপা মতমদা হায়খি—

"ঐ থবক তোক্লবস্তু তোক্কনি চীংদা লৈবা পামদে।"

লৈবাক শেমগৎ শাগৎপগী মতমদা চীংদা চৎলু য়াদবসি য়াম্না চাওবা মরালনি হায়না থন্নরে মরম এদুনা মহাকপু টরমিনেট তৌখি। শ্রীলৈরেল লন্নাই ডাক্তর অমা ওইনা লাইয়েংবগী থবক চৎথখি। অসিদয় নক্কনা "পব্লিক হায় স্কুল" কৌবা অমা লিংখৎখি। য়াকাইরোল কৌবা চেফোং অমগী ইডিভরস্তু ওইবিখি।

অতুবু মবাইবক থিরবা ডাক্তর গোবর্দ্ধনদি হুকুম ইনবনা মাগী তৌজরবা য়াত্রবা মথৌদাংনি হায়না খল্লি। লরাই লমদা পোকচবা মীগীদা শায়দাংদুনা মহৈ তমজরকপা গোবর্দ্ধনগী থোয়দোকপা মগুণ অমদি নোল্লকপনি, য়াথং ইনবনি।

মহাক্তি কোয়না চৎলি চীংলোন অমগী মথংদা অতোপ্পা চীং-লোন অমা। সরকারনা দোলাইরেং অমদি শগোল পি অতুন্নদি ওইরবদা অরাংবা চীং কক্তুনা শেম্লিবা চীংলম্বী পুন্নমক নৌনা শেম্লকপনা জংগলগী শা-কৈদি য়াম্না কল্লি। নোজে থাদা চীং লম্বী অনৌবদা চৎথোক-চৎশিন তৌবসি য়াম্না খুদোং থিনিঙায়নি। ডাক্তরনা লুপা কুন কুন পিদুনা শগোল মঙ্গেবী অনিখক্তি লৈশিললে। পরাও অমদগী পরাও অমা লানবদা মতম নংহৌদদুনা করিগুম্বা নুমিৎ তাখিবা য়াওরবদি পোথাং পুরিবা খোংমীশিংনা কয়াগী মতিক মীপায়খিবা, অনৌবা শেম্বা লম্বীদগী লৈচাক নুংচাক ব্রোং ব্রোং নিংখায়দুনা চীংখাদা ওন্থখিবগী মখোল, শ্রোত-শ্রোত প্রেক প্রেক শগোলনা অমম্বা লম্বীদা চৎপগী নুংঙাইতবা ফাওবদু চীন্না হায়-বদি ঙমজরবসু অমুক অমুক লেপ্পগা কন্না কন্না খোংলক্কই। অহিং নুংথিল নাইদনা চৎলিবা পুন্সিগী খোংচৎতা তিনশিনখ্রগদবা সরকারগী তলব চারিব মীনায় অমা ওইনা চীংগী পুন্সিদা থাং-জিললিবা খোংথাং অসিনা অহৌবনি। চুমই তৌগদবা থবক য়াম্না য়ামই। মণিপুরগী চীং অমসুং তম অনিমক্ত লাইরেং পথাপ পরিং চুম্না চৎপা ঙমজ্রি। অনাবা য়াওরক্লবসু মরন্নাই মানা মান্না থোকপা অথংবা উনা রানা খয়া হেক্লগা চাবা, অশোক অপন

থোক্লগা সুগায়রগা থোমজিনবগী হৈনবী লৈ। তম্পাকলমদনা পুক সুবা মরি সুবা অসিগুম্বা লাইয়েং কয়া অসিনা মী অমগী অনাবা ফখিবস্ু য়াওরম্বা য়াই অদুবু চাংচৎ য়েংলুরগদি শিখিবনা অয়াম্বনি। সরকারগী থৌশিল চীংদা ডাক্তর থম্বা তশেংনমক তঙায়ফদবনি। ইম্ফালদদি ষ্টেট দিসপেনসরি অমথক্তং লৈ। মসিদা য়াম্না হৈ-শিংলবা বেঙ্গলি ডাক্তর গংগেস বাবু লেংবা য়াদ্রবা পিবা ফমগুম লেংদনা অদুম্মক লৈ। ডাক্তরশিংগী থবক শিনদোক শিঞ্জিন তৌবদা ডাক্তই গংগেস বাবুগী মরা চৎলি। মহাক্কী থৌশিলদা য়ানিংদবা মৈতৈ মচা কয়ামুক য়াওরমই। অদুম্নদি সরকাগী শক্তি লৈরবা হুকুম কনানসু ইনবা ঙম্ন দ। তামেংলোং, মাও, উখ্রুল, ককচিং মথং মথংশিংনা চৎপা হৌরকই। হৈনবকই অসুম অসুম হৈনশিল্লকই। নুপী-অঙাং, চেং-চাক ফমুং ফিরাল দোলায়দা পুহল্লি। মশানা শগোলদা তাংখুল হুই অনিনা মাংদা ডাক্তর গোবর্দ্ধন অসিগুম্ব খোংচৎ অসিদা নুঙাইবসু ফাওরকই। ডাক্তরনা ডবল বেরেলগী নোংমৈ অমদি লুপা ১৫০ ( চাম য়াঙ্খে ) পিদুনা লৈশিল্লে। চীং লম্বী চৎপদা নোংমৈ অমা য়াওবসিদা মহাক য়াম্নসু নুঙাইরমই। পোৎথাং পুবা চীংমীশিংদি কৈ লাকপা অমদি চৎখিবগী খুদম মথি অমদি খোংঙ্গুল য়েংলগা হায়বা ঙমই; অশোংবা হাবুং নাপি মরক, অমদি উরক রারক্তা শা লৈবগী খুদম ফংলবদি ডাক্তরগা লোয়নরিবা খোংলোয়শিং কিবনা মখোয় মখোয়গী মকমলাক থক থক নিরু, মখোং থাংবোই থাংদবোই তৌরক্কনি। মতমদুদা ডাক্তরনা নোংমৈ থাপকনি। অকনবা ঙংনা পাইথোক খিগনি

খোঙ্গাং য়ৈনা য়ৈনা লাপথোকখিবা খোঞ্জেল অসিনা খোংলোই-শিংগী অকিববুসু অসুম অসুম লাপথোকহনখিগনি। ডাক্তর উচেক কাপ্পদসু হেক কাপ্পদা পানবা মখুৎ য়াম্না চুম্বা মীওই ওইরকই। অহুবু গৌরিয়া ধর্ম্ম চৎপা অমাং অশেং খায়বা ইমুংদা চাওরকপনা মহাক শা চাদে। চীংগী খোংচৎ খুদিংমক্তা, গীতা, ভারত, রামায়ণ লোয়নহুনা চন্দোন লাইপোৎ পুহুনা চীংদা চৎলি। চীংদা ডাক্তর লাকপগী পাউ অসি মফম মফমহুগী মীশিংহুনা হান্না খংলমই। মরম অহুনা খুলগী লম্বুনা ডাক্তরগী শগোল মখোল তাবদা মোমোন নোক্তুনা অথেন-পোৎকা লোয়ননা ওকপা থোরকই।

উখ্রুল চৎপগী খোংচৎ অমখক্তা থোকখিবা থৌদোক মচা অমখক ডাক্তর পুন্সিগী ওইনা খক কাওবা ঙমখিদে।

নুমিৎ অহু লৈচিল য়াম্না থারমই। ইম্ফালদগী উখ্রুল য়ৌবা নুমিৎ মরিনিগী লম্বীনি। য়াইঙং ইংখোল লিতান, লম্বুই পরাওশিং অসিদা ফাওরগা উখ্রুল য়ৌগদবনি। রাংল-রাংলবা চীংশাং পরেং-শিংগী মতোল অমতসু উবা ফংদ্রে। অঙৌবা অমুবা লৈচিলনা চীংদোনশিং পানা থানা কুপশিনখ্রে। লাপ্প য়েংবদ অতিয়াগা লৈচিলগা চীংদোলগা লৈচিলগা পুমশম শম্নরবা চীংহুগী চীংখোংদা মীয়াম্না ডাক্তরবু ঙায়হুনা লৈবা উই। দোলায়রেং মখোয় নিপা কুনগমরিহু হোয়—হোয়— হায়হুনা খোংথাং য়াবা হেল্লকই। মখোয়না উরে খুল ফংলগনি মখোয় পোথারগনি। মতম অহুদা চীংগী অহলশিং লৈশা পাখং সুনা তিল্লমই। লৈশাবীশিংনা তুম্বানা

ঈশিং কন্দুনা ময়ামবু পিথক্লমই। পোৎথাং পুরিবা মৈতৈশিংনা হৱাওনা চীংমীশিংগা চামিন থকমিন্নরমই। চীং নিংথৌ ওইরিবা তাংখুল ইপা নান্নাওবদুনা সাহেবকী ফিজোল শেৎলিবা ডাক্তর নহা অসিবু হৱাও হৱাও কোনবিরৈ। মরোল মরি খংবোই খংদবোই মোমোন মোমোন নোক্নৈ। অথাপ্পা তম্পাকলমদগী য়াইফ পাউজেল পুরক্লিবা ডাক্তর নহাসিবু উরগা কনানসু চিনসুক মাইসুক তৌবিদে। চীংমীশিংনা হৱাওবনা মশা তয়াং তশোই চেন চোংহনা অরাৎ-অপা থিরমই। লাক্লিবা ময়ামবু নুঙায়না পোথাহল্লমই। নুমিদাং অদুগী চাক চাবা মতমদা ডাক্তরনা হায়রমই –

"ঈশিং ফুৎলু"

অদুগা শন্দোক্না তাকখি— অচৌবা লাইরিক পুথোক্নুনা **Water born deasease** অমদি **microscopic germ** শিং পুথোক্নুনা য়েংহনখি। মহাক্না খনখি, খংদবশিংগী মফমদদি লাই পুথোক্নুনা য়েংহনবনা মফরে। মথোয়না লাতোন অমদা হাপ্পুনা হৱাই মতোন পুরক্লমই। ডাক্তরনা হায়রকই— ঈশিং অফুৎপদা হৱায়মতোন্দু চামউ। চীংমীশিংনা হৱায়মতোন অদু ঈশিং অশাবা অদুদা থাদরগা লৌখৎলমই। হৱায়মতোল অদু অথোংবগা চপ মান্নরমই। হিংনা চাগদবা হৱাইমতোল অদুগী ওইরিবা ফিভম অদু উবদা তুমিন তুমিন নোক্লখি।

চীংগী মফম মফম কয়াদা **christianity** শন্দোকপা হৌরে। গির্জা মতোন্দগী শরিকী খোঞ্জেল তারে। নোংমাইজিং খুদিং

লাইশোল ঈশৈ শকপদা মী খুদিং থবক চীম্নৈ। ডাক্তর গোবর্দ্ধন পোকপদগী খুন্নুং চংলবা হিন্দুনি য়ুমগী য়ুম্মুরেল অমগী মতৌগুম নুমিদাং খুদিং চাকচমাংদা গীতা, ভারত, রামায়ণ পাই। অদুবু মহাক চীংগী মরুপ-মপাংশিংগা খক থানদে, ঐগী ঐগী হায়বা খুরবা মিৎয়েং অদুদগী খরদং কাম্থোরক্কুনা মী কাঙলুপ খায়বা তৌদনা অমতা ওইনা উয়ান চাকতিন্নররে। ডাক্তর মরুপ-মপাংশিংগা নোংমাইজিং খুদিং চর্চ কাবা য়াওরে। মহাক্তি মী তিন্নদবা হৈতে। মতম কুইনা চীংদা লৈরকপনা মঙোন্দা মীগ মীগগী মরক্তা খেন্নবা লৈতে অমদি ধর্ম্মগী পাউতাকশিংদা মান্নবা লৈ হায়বা খংলে। বাইবল-না করি হায়রি খংনবা বাইবল লৈদুনা পাবা হৌরকই। য়ুমগী নুপী অঙাংশিংদা অসুম্না হায়—

"নিরঞ্জনো নিরাকারো ভক্তানং প্রতিকমদ" হায়ম্বা অসিগী অর্থদি জগৎপু শেম্বীরিবা ইবুঙো মহাক্তি অকরুবা মশক মওং লৈতে। ভক্তশিংদা মানা উৎনিংবা মুর্তি উৎলি। অদুনা মীওইবগী তোঙান তোঙানবা শক্তমদা ইবুঙোবু লাৎচৈ। অদুগা যীশু খৃষ্টগী মগুণ অসি অমুক য়েংউদো—মাদি ঈশ্বরগী মচানি হায়রি অদুবু—

যীশুনা স্বর্গগী সিংহাসন থাদোকই;
নিংথৌরেলগী লুহুপ থনমই,
বেথলেহেম সহরগী যণশংদা খোংদাবি
প্রভূ তাইবংপানদা লাকপি।

.... .... .... .... ....

মাংবা নাইত্রবা হিংহনবগী রা পাও
পুবীরকই যীশু খৃষ্টনা
পাপকী বণ্ডিদগী কনবীন্নবা
তিংখং লুহুপ উপালে, শিবিরে।
লমহুইগী মকোল লৈ পোম্বী চেক্লাশিংসু
উমং রাংমদা পোথাফম লৈ, ঈশ্বরগী মচা নিপাদি
পোথাফম ফংদে গার্লিলগী লঙ্কাংচুতনি।

মী চিক্লবা য়ুমদোমপোক্তা থবক খর শংলকপা নুমিদাংগী মতমদা ডাক্তরনা মাগী পুন্সিগী মরুপ ওইনা চৎলবী নুপীগা ধর্ম্মগী রা কয়ামরুম নৈনরি .... মাগী নুপীনা হংলি—

"করিগী যীশুনা করম্না যণশংদা পোক্লরিবা?
গার্লিলগী লঙ্কাং হায়রবদি করিনো?
যীশু খৃষ্ট করিগীদমক শিরিবা?

মমৈদদি ডাক্তরগী নুপীসু চর্চতা চৎতুনা ঈশ্বরগী রা য়াম্না পুক্লিং চংনা মিৎ উইশিন্দুনা তাবা হৌরে। মরক মরক্তা খুলগী অহল-শিংগা ধর্ম্মগী রারী শান্নে। মখোয়না লৈরু লৈরুবা মফমগী লোলশিং তমলকপনা তাংখুললোল, কুকিলোল, কবুইলোলসু ফজনা ঙাংবা ঙমই।

নোংমা ঙাওরবা তাংখুল পাখং অমা ডাক্তরনা লাইয়েংলমই। অচৌবা মগ অমদা চ' হাপ্তুনা পীরগা তাংখুল মরোলদা তপ্না তপ্না রাহং কয়ামরুম হংবা হৌই।

"হায়য়ু পুক্লিংদা করি খনবীবগে ? মিন্তা করি উবগে ?" হারিবা মতম অদিমক্তদা দনকান কৌবা এসঃ ডিঃ ওঃ সাহেব অমা ডাক্তরশংদা কোয়রক্লমই। ডাক্তরনা তাংখুল লোল ফজনা ঙাংবন্থ উবদা মহাক হরাওরমই।

"Excellent !! It is very nice of you. It is very strange to me."

নোংমসু তমেংলোংদা লৈরিঙৈদসু হিগগিনস কৌবা এসঃ ডিঃ ওঃ সাহেব অমনা ডাক্তরদা লেল্লিবা পুন্সি মরেল অসিদা তোপ তোপ্পা গুণ খর উবহুদা ঙক্না হংখি—নোং নুংশিৎ কন্না তৌবা মরম্না মখোয় অনি ফনা কুইনা রারী শান্নখি। ডাক্তরনা শেৎলিবা ফিরোল তাই, তুপি, রেষ্টকোটনচিংবা পুম্নমক মতম কুইনা শিজিন্নরকপগী হৌনবা মঞ্জুনরে অমদি মোতাই চুদাইনরে। অয়ুক ঙন্না ইরুজ থোক্লগা চন্দোন থিনবগী মমি অহুসু ইলং লংনা তারি। হিগগিনসনা হংই।:—

"ডাক্তর করিগী মাইদা লৈখোম তৈরিবনো ?"

"সাহেব লৈখোম নত্তে অয়ুক্কী ইরুজবা হেক লোয়বগা স্বরনা ময়ে ভুমিনা মাইদা লৈতেংলিবনি, মসি ঐগী হৈনবানি।"

বেঙ্গলিশিংগা তিন্নরক্লবা অশিংবা সাহেবনি কুইনা মরৈ য়েৎনজে মখা তানা হংই—

"ভেলিদা লৈবগা চীংদা লৈবগা করম্বন হেন্না নুঙাইবগে ? ঐনা খনবদি নং ভেলিদসু লৈনিংলমগনি।"

"সরকারগী হুকুমদবু ঐনা করি হায়গনি। ঐদি নুঙাইবা নুঙনইতবা করিমতা খনদে, order is order."

"অনৌবা থোরকপা নহা ওইবা ডাক্তরশিংনা চীংনা শুকলৈ লৈনিংদে হায়বা ঐ খংই। ঐনা নহাক্কী খাংবা কনবা অসিবু থাগৎনিংই। হৌজিক্তি মফম মফমদা আর্মিগী কান্টিন লৈরবনিনা নখোয়-নুঙাইম্লগনি নত্রা ?"

লৈরু লৈরুবা মফম খুদিংমক্তগী থ্বাইদগী রাবা লম্বী-থোং হেন্না ফত্তবা, থবক তৌমিন্নবা কর্ম্মচারীশিংগী সহযোগ ফংদবা মফমদি তমেংলোং অসিনি। কম্পাউণ্ডর গোপাল কৌবা অমা য়াওরমই। মহাক ইবা পাবা শোল্লি অহুগী মথক্তা হাইবা ইনগনদে। মহাক সিরিঞ্জ ফুৎপা মতমদা শাহল্লগা তোকপা, হিদাক শেম্নবগী ওনবা মতমদা চেকশিনবগী তঙায়ফদবা লৈবসি মহাক খংদে। মরম অসিনা খুৎজু খুৎলায় ফুৎপা, হিদাক লাংথক শেম্বা থবক মচা মচাশিং ফাওবা মহাক্কী মখুৎনা তৌরে। মতম পুম্নমক্তা মহাক থবক চীন্দুনা লৈ। মসিনা মরম ওইহুনা তমেংলোংদা খৎন-চৈনবগী থৌদোক অমা থোকখি। নোংমা ডাক্তরনা গোপালদা হিদাক হাপ্পবা লিক্লি অমা শেংনা শেংদোকউ হায়রমই। গোপালনা শেং-দবা লিক্লি অহু শেংলে হায়না হায়জিল্লবদা ডাক্তরনা য়াম্না শাওরহুনা "শেংদবা লিক্লিবু শেংলে হায়জিনবা করিগীনে ? নমা নপানা ওইদবা রা ডাংউ হায়না তম্বীব্রা ?"

খুদক অহুদা কম্পাউণ্ডর অহুনা লিক্লি অহু লাক্নুনা লংলমই। মহুনা ডাক্তরদা পাল্লমই। মহুদা মহাক্না হায়খি—

"নংনা লিক্লি লংগদবা নত্তে, নুপা মচা ঙাক্তনি থোরকউ অহাংবা লম্পাকসিদা য়ৈনসি।"

গোপাল তুমিন্না লৈখ্রে। ডাক্তরনা থৌদোক অসিগা মরি লৈননা কেশ অমা রেজিষ্টর তৌরমই। মখোয় অনিমক চৈরাপ্তা কারমই। কেশকী রায় মতুংইন্না গোপাল থা অহুম জেল তারে। অহুগা নুমিৎ অহুদা শ্রীযুৎনা লন্নাই ওইনা ডাক্তরদা হায়—

"ডাক্তর নংনা মীগী নমা নপা পনখি হায়রি মহু নহাক্না হায়দে অমুক্তা হায়রমউ।"

ডাক্তরনা হায়রমই— শ্রীযুৎ সনা য়াথংদি তাকপিরি অহুবু রাহৈ অহু ননায়না তশেংনা হায়থ্রবনি অমুক হোংদোকচররোয়। শ্রীযুৎনা নোকফেৎ তৌনা হায়রকই— "য়াক্সবদি ফরে চৎলো।"

তমেংলোংদা লৈবা চহি অহুম শুরে। হুকুম চে অমা ফংলে মহাক অমুক মাওদা চৎপা তারে।



## অহুমগুবা শরুক

পৃথিবীগী অহানবা লাঙ্গাও থোকপা অমদি মতম পুম্নমক্তা লৈতাদবা মতম অসিদা ভারতস্ত নিংখা তম্বগী স্থেপ্পা নাইদনা অন্দোলন চৎথবগী রা অসি মণিপুরদা মনিল নাইনবা হৌরক্লে। গান্ধী, সুবাস, নেহরুগী রা তোয়না তোয়না তাশিল্লক্লে। হুকুম ইনদবগীদমক সাহেবশিংনা ভারতবাসীশিংবু শাথিনা ওৎ-নৈবা, শাথিনা ফুবগী পাও ফংই। নমথবদা হৈনরবা সাহেবশিংনা নম-থনবা হোৎনবদা অহনবা লৈতে। সাহেব লিশিং কয়া ভারতবর্ষ অসিদা শিনথুংনা শন্দোক্তুনা লৈরি। অচৌবা লম পুম্নমক সাহেবনা পায়রি। মণিপুরদস্ত সাহেবশিংনা অচৌবা পুম্নমক ওইরি। পুম্নমক অসিগী মথক্তা নিংথেম পিশক চুরাচান্দগা সাহেবকা খুৎশম্মনা লৈপাক ভাকমিন্নরি।

জর্ম্মন লালগীদমক সাহেবনা মণিপুরদগী অথল্লবা মী খরা থাজিনগদৌরি। ডাক্তর গোবর্দ্ধনবু সনা অফিতা কৌখৎলে অমসুং লাল চংনবা শেম শানবগীদমক হুকুম তৌরে। স্ন-য়াথং ইন্দুনতা লাক্লবস্ত হন্দক্কী য়াথং অসিমদি লৈবাক্তা তারসন্নু খল্লে। অদুগা লোয়্নলম শন্দোকপদা হালে বা লৈত্রবা চাওখৎপদা মপা লৈত্রবা বৃটিশকী মতেং পাংবা পামদে হায়না তশেংনা হায়দোক্লবগী থৌনাস্ত লৈরমদে। মহারাজনা হন্ন' হন্না হংলমই—

"হায়য়ু ডাক্তর নহাক করি মরমগী চৎলোইদৌরিবনো ?"

ডাক্তরগী মিৎ লৈখাদা য়েংলমই। পিশুম হায়ফেৎ শুকলমই "ননাই ঐহাক চৎচররোয়।"

"নহাক্না অস্তুম্না হায়রক্কনি হায়বসি ঐ করিগুম্বদস্তু খনখিবা লৈতে।"

হুকুম থোক্লে। ডাক্তর গোবর্দ্ধন ইস্থোক্লে, থাঙ্গদা লোয় থারে। থবক থাদোক্তুনা মরালগীদমক থাঙ্গদা চৎলে। খরগীমখৈদি রাথল নুংঙায়রমদে অদুবু মহাক পেস্থোকপা তমখি। পুক্লিং হুনা ফজরবা লোক্তাকী শক্তম য়েংবা হৌখি। থাবল ফবা অহিংদা মিৎ থুপ্তুনা য়েংলবদি লোক্তাক হায়বসি অইংবগী তুংনফম্নি শান্তিগী লাইরেম্বীনি। অরাবা তারবা প্রজা লিশিং লিশিংগী তুংনফম্নি। অঙৌবা ফীজোল থোল্লিবী লাইরেম্বী অসিনা মোমোন নোকতুনা হায়রি —

"লাও ঐগী তম্পাক্তা, নখোয়গীদমক ঐ মতম কুইনা হিং-লক্লিবনি, হিংখিনি মতম কুইনগীদমক।"

মফম অদুদা মী কয়ামরুম থেংনরমই। মখোয় খুদিং মরাল অমমমগী মতুংইন্না লাকখিবনি। অহিং অথেংবফাও নৈ চাওনা হৌগৎতুনা মখোয় মশেল রারী শান্নরমই। লোয় থারক্লিবশিং অদুগী মরালশিং অদু অমগা অমগা চপ মান্নদে। য়ু থক্লুবা, হুরাল্লুবা, মুসলমান নুপী কোয়রুবা। আইন্না য়াদবা মফমদা চংবা, চারুবা, থক্লুবা, য়েক লোনবা অসিনি।

অনৌবা থারকপা মীশিংবু চাওবা কোবা মীয়ায় ওইশিল্লক্লবা নিপা অমনা করি চারি, করি থক্লি, অরাৎ-অপা হেক য়েংবিরৈ।

নিপা অসি ময়াম পুম্নমক্না খংনৈ থস্মোয় চাওই। অহুমকপু মহাক হুজিকমক্তি লায়রবা মীনি। মহাক্না য়াম্না লায়ররিবা অসি মশানা তৌজবনি হায়না ময়াম্না ঙাংনৈ, মরমদি মমা মপাগী সম্পত্তি চাওনা লৈ হায়না মীনা ঙাংনৈ। মহাক্কী মুপী থরো নুপীলকতা শিংথাবা য়াবিনি। মখোয় অনিগী পুন্সিগী রারী লায়রবা অমদি লোয় থারকপশিংগী পোথানজফম্নি। অস্মুম্না তৌই হায়—

চাওবগা থরোগা লৈকায় অমতনি। য়াম্না পিক্লিখৈ চহি মঙা-তরুক হায়রকপা অহুরায়দগী হৌনা অনি অসি শান্নমিন্নরকই। চাওবগী মপাদি কোম্নুংগী থবক তৌবা মীনি। মরল-মথুম লৈজে। চাওবা মখোয়গী অমতা ঙায়জবা মচানি। মীগী অমতা পোকচবা মচাদি তিঙ্গং য়াঙ্গংই হায়নৈ অহুবু চাওবদি অহুম্না তৌদে। পোকপ-দগী হৌনা মপোপ মতোং ফৈ, থুনা চাওই। মরম অসিনা মহাকপু "চাওবা" হায়না অহুম কৌখ্রবনি। তৌবতবু চাওবা য়াম্না চাবা পাম্বা মীনি। থরো লায়রবা ইমুংদা পোকই। মমা অহু মতম অয়াম্বদা শোন্দুনতা লৈ। মরম অসিনা থরো য়াম্না পিক্না ইমুংগী কুপনোম নোম্বা হৈরকই। চাওবনা নোং ঙানবদগী তুরেল অচৌবদা খোয় চোপ্পা চংখি অহুগা ঙাশেপ মপি, লায়থরোই য়াম্না কাহ্নুনা পুরকই। অহুগা থরোদা হায়—

"থরো ঙাশেপ লৌ ঐ চাক জায়ে।"
"তল্লি কৈস্তু" পিক্লিবী থরোনা হায়।
"লৌব্রদি ফুনি।"

লৌবিয়ু কৈদৌই হায়বগে, থরোগী মমানা হায়। ঙা চারগা চাওবা চৎখি। চৎলমদাইদা হায়রমই—

"হোরেল লায়থরোই থোংলমউ।"

থরোনা মচিন পোমলমই। অদুবু ফুগনি কিবদগী থোংদি থোংলমই।

চাওবগী তোররিং চৎপবু ময়াম্না ইনুংত নুংশিনৈ। কাহেম্না কোয়বা চাওববু মপানা মতম পুন্নমক ঙাংদুনতা লৈ। পুংকক চাওরবা চাওবনা ঙাংবা তানিংদে হায়দুনা য়ুমম্লোন্নবা থরোখোয়দা পোথাফম ওই। অদুগা মহাবলি উমংদগী হৈনৌ, হৈবাং হৈখা য়াম্না হেক্তুনা পুরক্লগা থরোখোয়দা হেক হেক চাদুনা লৈথোকই। চাওবনা থরোদা হিরম অমদা উপায় য়াম্না তৌবি।

"তাচৌ ফৌ শুবা থরা য়াওবিরমউ।"

"অদুদি নং হৈনৌ অম্বোন শেমউ।"

অসি হায়দুনা চাওবনা ফৌ শংবায় অমা ইলায় লায়না শুদোকপি। অসিনি অঙাং ওইরিঙৈদা।

চাওরক্লগদি থরোদা মীগী মীনোক চংলমই। নোংমস্থু নুমিদাংদা পাখং থরা কোয়রকপা উবদা অপংবা চাওবনা হায়রমই—

"অসুরায়দা পংলাক লাকনু হায়রিবসিনি, চাওবদি তক্না লাক্লবস্থু অদুম লাম্বা তৌগনি।"

অদুদগী অদুম হেনগ্রে মীনা হায়নবা। "থরোসি চাওবনা লৌরনি" মশা ফবা চাওববুদি মীনা অদুম কিনৈ, অদুনা চাওবদা কনাস্থু করিস্থু হায়বা ঙমদে।

মীনা হায়নবা অতু চাওবগী মমা মপাগী নাকোং য়োরক্লমই। য়াইস্কুল পানা অসিদা মমিং লৈরিবা মপানি। অতুগীসু মথক্তা য়ুম্নাক অনি অসি য়েক্লি। চাওবগী মপা মমিৎতা ঈ কারমই, থক থক নিকপমখৈ মহাক শাওরমই। মহাক্কী নুপীদা ৱাফম অসি অমুক হন্না তাহনগনু হায়না কন্না শিন্নরমই।

চাওবগী মমাসু ফুক হৌগৎলগা চুমত্রিং থরোখোয়দা চৎলমই। চাক থোংহুনা লৈরিবী থরোদা য়াম্না থিনা চৈবিরমই। মতু তারহুনা থরোগী মমানা হায়রকই—

"করিনো ইচেবেম্মা, মীনা হায়রগবু হেক্তা থাজবিব্রা অতুগীসু মথক্তা ইচানা অকায়বা তৌরবদি ঐঙোন্দা হান্না হায়বিকম থোকই।" অতুবু চাওবগী মমা অতুদি মতু তাবদগী হেন্না শাওরমই—

"লায়র চুদৎনবী, পুম্নমক অসি নহাক্না থোকহনবনি" হায়হুনা থরোগী মমা অতুবু ফুগে হায়না চোংশিল্লমই। মপাঙ্গল শোল্লবী থরোগী মমা অতু মতম অতুদদি ৱা ঙাংখিদে, মমিত্তা ইরা চেন্দুনা অতুম য়েংহুনা লৈখিরমই। চাওবগী মমা অতু ঙাং ঙাংহুনা চৎখি-রমই থোকখ্রিবা পুম্নমক অসি চাওবা করিমতা খংখিদে। মহাক্তি হৈনিং ফিগাও পিক থন্না পুরক্লমই; মতু থরোদা চাউ হায়হুনা পিরমই। থরো শাওনিংখিবনা মমায় ফাও ওনশিল্লমদে, মানা পীবা পোৎ অতু লৌরমদে। চাওবনা মমাংমক্তদা লেপ্তুনা হায়রমই—

"হৌজিকমক মসি চাউ, ঐনা হায়রিবসিনি।"

নখোয়গী নমানা ইমাবুস্লু ফুগে তৌরম্লে, হৌজিক নং ঐবু অমুক ফুবিগেরা ? পিশক পিক্লিডৈদগী নংনা ঐবু ফুতুনতা লাকপা নত্রা ?

"করিগী ? ঐখোয় ইমাবু অসিদা লাক্লম্মরা, নখোয়বু কৈদোনরবগে ?"

"তাচৌ নং য়ারবদি ঐখোয়দা চংলক্কনু।"

"করিগী চংলোইদৌরিবা ?"

চাওবনা উরমই। থরো মমায় মমিৎ পুমপোম পোমই। খনখি করি তৌরে, মহাক থুনা ময়ুম চৎখিরমই। ভতুবু মতুং অসিদগী দি চীংমাইদা লম্মে চাকপা কনবা ঙমদবগুম্বনি। চাওবা থাংঙমদবা অমা ওইরকই। থরো লৈফম থংখিদে। ইহাং ইহাং হাংলমই। নহানমখে মানা ভৎখিবা ময়ামদো—"থরো ইন্নফি শুবিয়ু, থরোয় থোকবিয়ু" অসিনচিংবা অসিনা হৌজিক নিংশিংলুবদা মতু কল্লবা লিলগুম চীক্লরে। চাওবা থরোখোয়দা শরুক চাম হেন্না চৎনিংলে। থরোনা তুরেল অচৌবদা ঈশিং শোকপা লাকপা মতমদা চাওবনা ভাঞ্জা য়েংহুনা—

"ঐ লাকত্রবনিনা নং রায় খর শংলরিনি" হায়হৌই। থরোদি করিস্লু খুন্নমদনা চৎখি।

নোংমা চাওবা থরোগী মকোক্তা ঈশিং থোঙ্গৎপীবা থরোগী মমানা উপ্রে। অতুগী থা অতুমক্তদা থরো লুহোংখ্রে। চাওবস্লু মফম অমদঃ ভাইহাক্তা ফাওবা লৈতাবা ঙমখিদে হেন্নতুম কোয়চৎ চৎখি।

লুহোংখিবা চহি ফাদ্রিবৈদা লাইজাও খোকপা হৌনরক্লমই। খোংদা তাইরেল মনা থেৎলমই। চবান কয়া থাদোক্লমই। মী অয়াম্বা শিখিরমই। মতুদা থরোগী মপুরোইবসু শিখিহুনা থরোসু মপামদা হল্লক্লমই। মতম অদু মহাক চহি ১৬ শুরমই। নোংমা নিনিগী মতুংদা চাওবনা থরোবু উরমই। মহাক ময়াং কংলমই অদুবু মায়থোংদি হান্নদগী হেন্না মপুং ফাবগুম তৌরমই।

মতম অদু কালেস্থানি, চেং তাংবা মতম্নি। থরো মমা মচা রানা চারি। চাওবখোয়গী মী য়াম্না চাদে. ফৌসু য়াম্না লৈ। চাওবগী মমানা ফৌ তায়থোক্তে অদুবু মহাক্না হেক চৎথোকখিবগা চাওবনা ফৌ থুমোক খায়দুনা লায়রবশিংদা পিথোকই। মসিদা মহাক নুঙাইরমই।

নোংমা য়াচংবদা থরোখোয়গী ইমুংদসু ফৌ খরা পিরমই। মতম থেংলবা ফাওবা মখোরগী ইমুং চাক থোংলমদে। চাওবগী মশক হেক উবা অমদি মতম কুইনগী মতুংদা মহাক্না তৌরক্লিবা থবক অদুদা থরো মমা মচা য়াম্না কপ্লমই। নুমিৎ অদুদগী হৌনা চাওবা মতেং পাংবা ওইনা হেক হেক চংলক্লমই। মহাক্না খ্বায়দগী হেন্না নুঙাইতবদি থরোগী মমায়দা চন্দোল অমুবা থিনবা অদুনি।

নোংমদি শাওনিংমনখ্রদুনা খুজাইদগী ঈশিং খরা লৌরগা চাক থোংলিবী থরোগী মমায় অদু তাথোকপীরমই অমসু হায়রকই—

"থরো! ঐহাক মদু য়েংবা ঙমদে, ঙসিদগী অমুক হন্না থিল্লুরগনু।"

থরো করিস্নু খুমখিদে। মপুক্কংদা হায়রমই পিক্লিভৈদগী নংনা হায়বা ভাক্তা ইল্লকপীনি। খরা লৈরগা মখোয় অনি মাংখি। অসুম্না লৈবাক্লা, আইন্না য়াদবা মফমদা নুংশিরুবগীদমক চাওবনা পুন্সিচুপ্পা অরাফম তাখি; অদুগা থরোবুনা থাঙ্গদা লোয় থাখি। মীয়ায় চল্লবী থরো ইন চীংই, লোং খোম্বা চৎলি, ঈংনা লেম্বী থরোবু মগুং মমান্নবীনা ঈশৈদা থাদুনা লংনৈ। ফোংখ্রবা ফনেক অমা শেৎ, খ্বাংচেৎ মচা অমা লাক্লগা হুমাং হন্দোক্লিবা থরোবু য়েংলগা—

"হা থরো! হা থরো
লোক্তাক পাত্তা শাৎপি থরো
ঈংইদকো নহাকসে
কুমজা মশীং য়াম্লক্লে
নথংলেন শেৎনরগনি রাববু
রারুগনু! রারুগনু! ইবেম্মা।"

মম্বাম রা রা হেক নোকই। তশেংবনি; থরোগী অরাবা লৈত্রে। অরাৎপা খুদিংমক লোক্তাক্লা পিরি, মথংলেন চাওবগী নুংশিহৈবনা পুক্লিংগী অপেনবা পিরি।

অয়ুক অমা ডাক্তর গোবর্দ্ধন-না মংগী রারী তম্লমই—

"ভরাং ঐগী মংদা শ্রীযুৎনা ঐবু কোনশৎপীরমই।"

মাঘনা হায়রমই— "মতু ওস্তোক্লা ফগ্রব মংনি।"

ভাইহাক লৈরগদি ইখং খংহোদনা শ্রীযুৎকী অভাংবা মচুগী কার অদু উরমই। লৈরম্লিবা মী পুম্নমক চেক-মোক লাউদনা ভক্তি

কৎননবগী শেম শাদুনা লৈনরমই। শ্রীযুৎ মশামক গাড়ীদগী খোং-লেংথবীরক্তুনা ডাক্তরবু লৌখৎপীরমই অমস্তুং কোলেরা কৌবা লায়না মখল অমা নারক্তুনা নোংমা মোংমদ. অঙকপা ফংনা মীশি মীনা থোকপগী পাউ অদু তম্লমই। থুনা য়াংনা ডাক্তর অমদি মহারাজ ইম্ফাল তম্না খোংশানখি। চৎন চংনা গোবর্দ্ধন-না রাখল কয়া থনখি। সাহেবশিংগী মতেং পাংবা ওইনা লান চত্তবগী দমক মহাকপু লোয় থাখিবনি। মীখা পোল্লবা প্রজা অমা ওইনা মহাকস্ন সাহেবশিংবু নুংশিবা ঙমদে; অদুম্নদি ওইরগা ডাক্তর অমা ওইনা লেংলুরবদি রাজনিতিদা মায় ওনশিনবা চুমদবনি, য়াওকম থোক্তবনি ঐগীইথৌদি অনাবা লাইয়েংবা অসিতনি।

কোলেরা অস্নক্কী মতিক শাথিরমই। মৈতৈশিংনা শাথিরবা লায়না অসিবু অনাবা অচৌবা হায়না খংনখ্রে। ইমুং অমদা মশম অমতদা মী অনী নত্রগা অনীদগী হেন্না শিবা ফাওবা য়াওরম্লবনি। কৃ অমদা মী এনি ভনি পোৎলোয়বা য়াওনরে! মৈতৈশিং তাইরেল মশা থোঙ্গালদা থেৎলগা নুমিৎ হেক তাবগা ইমুং থোং লোন্দুনা লৈ। লাই অমাংবা চংদনবা থোঙ্গালদা ধুপ থাউমৈ কৎলি। অদুবু মী শিবদি লেপ্তে। কোলেরানা মীবুপ থুদিংদি মী কয়া হাৎলি।

মমৈথংদা কম্না হোৎনরবা মতুংদা খোংহাম্বা অনাবা অচৌবা অদু নেমথখিরমই।

ইকুই কুইদনা মণিপুরদা খোংজায়শিংনা লাল হৌরকখি। হন্দক্কী লাল অসিগীদমক্তি গোবর্দ্ধন মশানা য়ানিংনা খুদক্কা চৎনবগীদমক শেম শাখি। অকাম খুলদা কেম্প শাদুনা অশোক-অপন কয়াবু লাইয়েংনবগীদমক লৈরমই। মতম অদুদা লুসাইশিংবু পাক হেক লাকশিনবা ঙম্লমদে। মখোয়না নারক মোংশোংদগী চীংলক্কগী নোংমৈ অশুবী কাপশিল্লকখি। লালগী ডাক্তরশিংদা খুৎলায় থাদবগী চৎনবী চীংগী মীশিংনা করিস্ থৌশাদে। ইতৎ-তক্তনা ডাক্তরগী লৈফমদা নোংমৈ কাপশিল্লকখি।

নোংমস্তু ইথং খংহৌদনা ডাক্তরনা তোন্নু কৌবা লোয়নবা নুপা অমগা লায়ননা লেপ্লিণৈদা লেপ্লিবা মফম অদুদা নোংমৈ কাপশিল্লকখি। মনাক অদুৱাইদা উয়ুং পাম্বী খরা হৌরমই। তোন্নুনা মফম খংদনা চেনবা হৌরক্লবদা ডাক্তরনা মহাকপু খাম্লগা হায়রকই—

"তোন্নু নহাক উয়ুং পাম্বী মরুমদা পাকথদুনা লৈয়্, নঙক হাইগৎতুনা থক য়েংলকম্লু।"

ঙাইহাক লৈরগা নোংমৈ মখোল তাখিদরে। তোন্নুনা খল্লমই— ডাক্তরবাবুনা তুমিন্না অস্তুক কুইনা লৈরিবা করিগীনো? মহাক শোয়দনা শিরম্বা তারে। মথরায় রাজরবা তোন্নু মকোক থাঙ্গৎলদুনা সৈদুনা কোয়েং য়েংলমই। অমুক মাইকৈ খংদনা কাপ্পগী মখোল তারে। খুদক্তা তোন্নুগী মকোক্ত নোংমৈ মরুনা পানখ্রে। মফম অদুমক্তদা তোন্নু অরোইবা স্বর হোনখ্রে।

কোঞ্জেংবম মচা তোনু থম্মোয় চম্বা, অচুম্বা চৎপা মীনি। মহাক্না ডাক্তরবু য়াম্না নুংশিরমই অমসুং মতম পুন্নমক্তা ডাক্তরগী মনাক্তা লৈজনিংবা মীনি। মহাক্না মী অতৈ অতৈদা রারী শাবা মতমদা অসুম্না হেক হেক হায়—

"নুপা অসি নখোয়না শংদবননি, মী নত্তে লাইনি।"

মহাক্না ডাক্তরবু লাইনি হায়না শঞ্জবগী মরম অমা লৈ। মশা পাবা তোনুগা ডাক্তরগা নোংমা উনরমই। ডাক্তরনা তোনুগী খুজিল অহু উরগা মঙোন্দা হায়রমই—

"নরৈ তিংথোকউ" অহুগী মতুংদা মহাক্কী মমিৎ ফাক্লুনা য়েংলমই অহুগা মঙোন্দা রাহং খরা হংখি—

"তোনু! নহাক লোক খুবরা?"

"খুজৈ বাবু।"

"নুমিদাংরাইগুম্বা, অয়ুক কুম্বদা লায়হৌ হৌবরা?"

"হৌজৈ।"

"মরক মরক্তা লোক্তা ঈ য়াওবরা?"

তোনু মমিৎ লংখৎলক্লমই— অরা নুঙাই অনী পুল্লবা খোনফমদা হায়রক্লমই—

"বাবু, ননাইনা মী অমতা হায়দোকচদনা অসুক কুইবসি ওন্থোক্লা রানা খাংজরক্লিবনি। হৌজিক্তি ননাই ঐহাক্কী অনাবা অসি মিৎনা উবগুম মথং মথং হায়দোকপীরক্লে, অসি অঙকপনি ননাই ঐগী অনাবা অসি ফহনবীয়ু"

অসি হায়রদুনা মহাক্লা দণ্ডবত তৌদুনা খুরুম্নমই। ডাক্তরনা হায়—

"তোনু, মীওইবা জাতিনা হৌজিক অনাবগী মহীক অসি কদায়দা লৈবগে হায়না কোয়না থিরি। মখোয় ঐখোয় মীওইবগী ফত্রবা য়েক্নবনি। মখোয়গী লৈফম অহু থিরগা ঐখোয়না মরূ ফংনা মাংহন্নবা থৌরাং তৌরি। নংনা করিগী অনাববু অহুক চেৎনা লোৎলিবা। নংনা লোৎলিবহু নংগী য়েক্নবনি। নোংমা নত্রগা নোংমদি মহাক্না নংবু অশিবগী লম্বীদা পুহুনা চৎখ্রগনি। ঙসিদগী নহাক ডাক্তরশংদা নুতিগী লাকউ— নহাক্কী অনাবহু ঐনা শোয়দনা ফহনগনি।"

হুমিৎ অহুদগী হৌনা তোনু ডাক্তরশংদা চৎলমই। থা অনি অহুমগী মতুংদা মহাক্কী মশা অহু তশেংনা নুঙাইরমই। হায়বা ইনবা তোনুবু ডাক্তরনা অসুক্কী মতিক নুংশিরমই। মহাক নোংমগী তোনুবু উন্নদ্রবদি থক নুঙায়তে।

তোনুগী মকোক্তগী চেম্বরক্লিবা অঙাংবা অশাবা ঈ অহুদা ডাক্তরনা শংত্রিক য়েংহুনা লৈখি। মহাক্কী মশানা চেল্লিবা ঈ শাগৎলকখি। করিগুম্বা খুদক্তা খুৎলায় অমতং ফংলবদি নুপামচা থোক্না চাং য়েংনবা য়াবনি। ডাক্তর, খাংবা কনবনি, পুক্চেল তপ্পনি, নোল্লুকপনি। অহুবু মীওইবগী অহিংসাগী লানফমদা অতৎপা লৈতনা চেম্বরকপা অঙাংবা ঈগী ঈফুৎ অহু উবদা পুক্লিং তপথবা ঙমখিদে। খুদক অহুদা করিসু তৌবা ঙমদ্রে; অহুম ওইনমক তোনুগীদমক হরিনাম শোনবীখি। কায়নথংদা গীতাগী ৱা নিংশিংলকখি। ঈশ্বরনা মীবু মাংহন্নবগীদমক অশাওবা হান্নবসি হাপখিবনি।

নোংমৈ পায়দুনা লান শোক্করিবা লাম্মী নত্তে ঐহাক্তি হায়বা রাথস অসিনা মশানা মশাবু ফাথজরমই, থেমজিল্লরমই। ট্রেনিং তৌরবা তেংবাংবা মী কনাস্তু ফংদবা মরম্না মহাক মথন্তা অহিং নুংথিল নায়দনা অশোকপা লাম্মী সিফায়শিংগী মরক্তা হঙ্গৎ-হন্দা চৎখি। সিফাইশিংগী পাম্বোমদগী, ফৈগন্দগী, হকচাংগী মফম কয়াদগী নোংমৈ গুলি লৌথোকপা মতমদা মহাক্কী মথুত্তা গুপ্পগী সপ্লিকেল নাইফ অদু নত্তনা করিস্তু ফংখিদে। গোড়া সিফায়শিং য়াম্না থরায় রানখি, মথোয় চীবোন চীবোন ঙাংনখি। মণিপুরদা এক্স-রে লৈতববু মথোয়না ওম্থোক্লা নুঙাইখিদে। অদুবু ডাক্তরনা নোংমৈ মরু পুথোরকপা মতমদদি ঙকপগা লোয়ননা য়াম্না হরাওখি। মথোয়গী মথা পোল্লবা লোয়লম অসিগী ডাক্তর অসিগী-দমক চেন্দুনা খুদোলপোৎ কয়া তমখি— শঙ্গোম কৌতা, ঙা কৌতা, কফি অসিনচিংবা মথোয়না ডাক্তরবু য়াম্না ইকায় খুম্নখি।

লান লোয়রবা মতুংদা ডাক্তর গোবর্দ্ধনবু সিলভর মেডল অমা ব্রোঞ্জ মেডল পীদুনা ইকায় খুম্নখি। ডাক্তরনা মেডলশিং অসি হেক উবগা তোনুগী মকোক্তগী চেম্থরকপা অঙাংবা ঈগী ঈফুৎ অদু হেক্তা উরকই।

কোয়না চৎপা লংকৈচৎপা অমগী মতোগুম ডাক্তর তমস্লুরবা মতুংগী পুন্সি চহি কুন হৌজিনখি। মথৌনা মরম ওইদুনা করিগুম্বা মফম অমতদা তং তানা লৈথোকপা য়াদবা, মশাগী হৈনবী পুম্নমক থাদোক্তুনা মতম মতমগী ম ম মফমগী লৈরম লৈরম্বা মীশিংগা চামিন্নবা হোৎনবনা মথৌ ওইরকই। অম্মুম্না লেনবনা মতম অসি

শাংশিল্লক্লে। মহাক খুঙ্গংগী মচী অমদা পোকপনি। পীশক পীক্লিবৈদগী হৌনা ময়ুম-মকৈ, মমা মপা থাদোক্তুনা লাইরিক তম্ন-বগীদমক শৌগাইজম ভুবন সিংহ অওম্বগীদা শঙ্গোই মচীদা তাংহনা লৈরকখি। নোংম থোকখিবা মওগুম্বা নুমিৎ অমদা অওম অথৌ শ্রীযুৎ মশামক য়াওনা অমদি জোণ্ট ( জোনষ্টোন Johnstone ) সাহেবনচিংবা মখোয় থরনা 'ডাক্তর তম্বা চৎলু' হায়খি। চহি মরি চুপ্পা ডিব্রুগরদা লৈরুরে। হেক থোরকপগা মৈতৈ সমাজনা মহাক্না তিম্ননিংদ্রে। অংগ্রেজ অমাংবা জাতিনি মখোয়গী ময়েক ইংগ্রেজিস্তু মাংই, পাবা-ইবা মী পুম্নমকস্তু অমাংবনি হায়না খন্নরবা মতমদা লাইরিক তম্বসি মী থরওনি। ডাক্তরগী মগুং-মমান্নবা লাইরিক তমহৌবা মখোয় থর অহুদি মতমগী মতুংইন্না দরবারগী মেম্বর ওইরি, লৈবাক্কী রায়েল থৌদা তৌরি মখোয়বুদি শক্তি লৈবনি হায়হনা মীনা ইকাই খুম্নরি। মী কয়ানা মখোয়গী রাহৈ অমতংগী খুউ খুদক রুন্দুনা ভাইরি। মরাইবক থিরবা ডাক্তর অসিগীদমক্তি মহাক্কী মল্লবা কিম্বগদৌবা ইনা কুপ্পা য়ুমজাও অসিনা য়ুম্বু অহু কৈদৌবৈ হল্লক্কনি খংদনা ভায়হনা লৈরি। অমুকস্তু খনখি থাপ্লবা সমুদ্র রাংমদগী গোড়া সিফাই কয়া লাক্লি। পীক্লবা চীংলৈবাক অসিদা মখোয় কয়া'ম শিখিবস্তু য়াওই। অসিনি পুন্সি পুন্সিদি মখল কয়ামরুমগী লানফম্নি। থৌদাংশিং অসি তৌনা তৌনা ঐখোয় শিননবগী লম্বেলহুদা চৎলিবনি। অপাম্বা ভাক্ত ফংদে নিংবা ভাক্তা থুংদে। মীওইবনা অমা নিংবা থুংদ্রগা অমা নিংননবা হোৎনৈ। গোবর্দ্ধনস্তু ডাক্তর ওইবগী পুন্সি মপুং ফাহনগে খল্লে।

## মরিশুবা শরুক

ইংশোক ১৯৩৪ গী ফেব্রুৱারীগী তাং ৬ তা নৌনা থোরকপা ডাক্তর কমল সিংহ লৈখিদবগী পাউ তারে। মণিপুর শিনথুংনা অৱাবা পাউ অসিনা নিল্লে। ডাক্তর গোবর্দ্ধনসু পাউ অসি মোইরাংদগী তারে। থমোই শোক্লবা পাউ অসি তাবদা মহাক শগোল তোংদুনা থুনা য়াংনা লৈখিদ্রবা মরুপকী য়ুমদা লাকই রাবনা পোপ তারমই। অশি-অনা থোক্লবা ইমুং অদু উরগা য়াম্না থরাই নুঙাই-রমদে। কমল ডাক্তরদি ডাক্তর অমা ওইনা মতম খরতমক থবক তৌরমই। মহাক্কী তোপ তোপ্পা গুণ অমনা মৈতৈ সাহিত্য লৈকোন্দা মতম পুম্নমক্তা শাৎতুনা লৈরগদবা লৈরাং চান্না অনিথক থাবিরমই। বেঙ্গলি ডাক্তর গঙ্গেস বাবুনা শিল-লাংবীদুনা লায়েং-শংগী ওইবা অপুনবা মীতিন অমা ফমখি অমসুং লৈখিদ্রবা ডাক্তর অসিগীদমক অৱাবা ফোংদোকখি। হকশেল বিভাগকী লৈখিদ্রবা কমল ডাক্তর সাহিত্য প্রেমিশিংগা লোয়ননা মতম খুইনা হিংদুনা লৈখিনি। হিংখিনি মতম খুইনা মহাক্কী লৈ পরেংনা তৎত্রিমখৈ অমদি মাধবী লৈরাংনা শাৎলিমখৈ। মঙ্গারকপদা কনাগী পূক্লিং হরাওগনি হায়বদু অচুম্বনি। ডাক্তর গোবর্দ্ধনসু শিরগা লোইবা মীওইবা মপোক্কীদমক খল্লি। তশেংবনি মীওইবনা তানশিনগদবা পোৎসি করিনো হায়বা রাহং অমা শিবা নুমিৎ অসিদা হংনিংই। পোক্লবদি শিবা তাবনি, শরুনা উৎ ওনখিগনি, মৈখুনা অহাংবা অতিয়াদা। পুন্সিদি থবক্লি অদুবু থবক খুদিংমক্কী মহৈদি খেন্নে।

য়েনখোয়বা, পাউনা শেঙ্গোয়ম্না মখোয় মাংখি মজাতিগীদমক। কুমওন কুমওন খুদিংদা লৈবাক্লা শক শোন্নে। শাংলবা তুরেলগী তোর্ব্বানদি লোম্নবা নাইত্রবা মোংফম পরেংনি। মোংফমশিং অসিদা অশেংবা মরৈবাক নিংবা কয়া খংবিদনা উং ওইথি। খংখিখিত্রবা মীচমশিংগী রাকৎফম লৈতে অদুগা উং ওনথ্রবা মোংফম পরেংদা রাহংগী পাউখুমস্তু ফংলোয়। পুন্নমক অসি খল্লরবগী মতুংদা ডাক্তর গোবর্দ্ধন মাগী পিল্লবা চন্নবা পুন্সি অসি কনানস্তু খংবিদনা নোংমা অস্তুম্না লোয়খিনিকো কিরকই।

কমল ডাক্তরনা লৈখিদ্রবদা মহাক্লা পুরম্বা জেলগী ডাক্তরশং অদু গোবর্দ্ধনদা মতম খরগীদমক শিন্নরে।

চুরাচান্দপুর অমস্তুং লমাংদোংদা খংহৌদনা মেলেরিয়া শন্দো-রক্নুনা মী য়াম্না শিনরে। ডাক্তর গোবর্দ্ধনদা কোয়না চৎতুনা মেলেরিয়া লাইয়েংনবগী হুকুম থোক্লে। লমাংদোংগী লৈরক-খুল্লক্তা চংহুবা মেলেরিয়া লায়েংবদ, মীশিংনা ডাক্তরনা লাইয়েংলগা ফগদবা নত্তে হায়না খল্লি। অনিকপা অরুম অসি ভোয়না তোয়না হৌমন-বদগী অস্তুম শোম্বরক্নুনা শিবা ওাক্তা ওইরে। ডাক্তরনা হিদাক য়েল্লি মখোয় কনামতা লৌবিদে, লৌরবস্তু চাদনা মাংহল্লি। মখোয়না মৈতৈ মাইবতবু থাজে। পোকপদগী অমুক্তা হিদাক কাপ্পা খংদ্রিবা মীশিংনা হিদাক কাপ্পগী চৈনাখোল খজিক্তং অদু খাংবা ওন্নমদে। অমরোমদনা অনাবগী ইমুং মনুংদস্তু মতম কুইনা শোন্দুনা লৈরবা অনাবদা য়েতুম থিংজনবা পান্নমদে। মসিদা ডাক্তর তৌফম খংদে, উপায় লৈতে।

নোংম-নোংমগী অদুক্কী মতিক মী শিরিবা মখৈ মহাক্কী মিংচৎ থিবসু অসুম অসুম হেনগৎলকই। মাইবনা থৌ তৌবা, চাবান থাবা, পুক শুবা অসিনা খুঙ্গংগী প্রজাশিংগী অহানবা লাইয়েংনি। হেন্দ হেঞ্জিল্লক্লগা শিরমদাইদা ডাক্তরদা য়েংহল্লি। মৈতৈ মাইবগা ডাক্তরগা অকনবা লাল অমা শোক্লবা তাশিল্লক্লে। অরুম তোয়না হৌবা মরমদগী পৈ তারবা অনাবশিং মপুক য়াম্না কংখৎলি। মৈতৈ মাইবশিংনা লায় নুংশিৎনি হায়দুনা পুক শুবগী থবক তৌই। মদুগী মহুত্তা ডাক্তরনদি কুইনাইল কাপ্পবা হোৎনৈ। মমাংঙৈগী ওইবা থাজবদা লুপ্তুনা লৈবা মণিপুরগী প্রজাশিংনা ডাক্তরশিংদা য়াম্না নিংবা কায়বা ওইহল্লি। মতম কুইনদগী মাইবা লোয়শংগী লাইয়েং পথাপ অসিদা চপ চানা থাজদুনা লৈ। অরুম লাইহৌ তৌরিবা মীদগী ঈ খজিক্তং লৌরগা মদুদা করম্বা মহিক য়াওবগে হায়বদু য়েংলগা হিদাক থাবা পাল্লমই। তৌইগুম্বসুং অনাবনা নত্রগা অনাবগী ইমুং মনুংনা অনাবা মীদগী ঈ লৌথোকপা য়ারোই হায়না থিংখিবনা উপায় করিসু লৈত্রে।

মণিপুরগী চৌংগী লমদসু ডাক্তরগী রা লৌদবনা তঙ্খাই অমনি। নোংমসু মরায়বক থিরবী নুপী অমা ময়াম চংদুনা কোয়তান তানবী-রমই। মহাক্কী ময়ুম থুদেকপিরে, মপোৎ-মচৈ, মফি মরোল ওয়মক লংথোকপীরমই অদুগা অতেকপা য়ুম অদুসু মৈ থাদোকপিরমই। মহাকপু কনানসু কনবিনবা হোৎনদে।

ডাক্তরনা হংই—

"করি তৌরে, মহাক্কী মরাল করিনো ?

"ডাক্তরনা— মসি অনাবা পকপী নুপীনি, হিংচাবী চংবীনি, খুলদা থম্বা য়াদে।"

ডাক্তরনা হায়—

"মহাক্কী মশাদা অনাবা লৈতে।"

নুপী অদু মথরাই শোক্লা কপ্লমই। মীয়াম্না ইনবগা ফুবগা তৌবদা মশা পুন্নমক ইহং নাইহং শারমই। ডাক্তর চপ য়ুংনা লেপ্তুনা লৈরমই। মীয়ামগী ঈহৌ অদুদা মহাক মথক্তনা করি তৌবা ঙমগনি। মহাক লম্বুগী ময়ুমদা চৎলগা রাফম অসি হায়রমই অমস্তুং লৌনগনবা লায়না করিনো হায়বা তাকলমই। লম্বুনা খুমই—

"মসি ঐখোয়গী চৎনবীনি।"

ডাক্তরনা হায়—

"নোংমদি নখোয় থংলক্কনি, ঐদি করিস্তু অরানবা রঃ হায়বা নত্তে।"

চীংদা খুদক্তা শোকপা, অশোক-অপন অয়াম্বদি মখোয়না খংজবা চীংদা হৌবা উরি-রারী হেক্লগা মহি শুমজিন্দুনা ফননবা হোৎনৈ। চীংদা খ্বাইদগী হেন্না নাগনবা লায়নাদি থুম চাবা রাৎপদগী নাবা অনাবা মথল অদুনি। লম্বী-থোং ফত্তবা মরমদগী থোংনা অরাংবা চীংথক্তা চহি চুপ্পা চাননবা থুম পুথৎপগী থৌরাং লৈতে। মরম অসিনা চীংগী মীশিং থুম থাক্তবা এঙ্গাং নম্না চায়।

নিংথৌখোংদা কালাজর কৌবা লায়না অমা শন্দোরকপগী পাউ তায়। ডাক্তরনা নোংমা নিংথৌখোং চৎপদা কালাজর নাব্বা

মী অমগী রারী শান্নে। অনাবা অদু শোয়দনা ফহনগনি হায়না থাজহল্লগা মতুংদা মঙোন্দগী ঈ খরা লৌরে অদুগা মখা তানা থবক তৌনবগীদমক মফম অদুদগী থোরক্লে। খূল অসি মহাক্কী হৌফম ওইবনা কুইনা উনদ্রবা মরুপ-মপাং কয়াগা রারী শান্নদুনা লৈরমই। ইথং খংহৌদনা মী খরনা থাং পায়দুনা ডাক্তর তন্না হোৎচিল্লমই অমনা হায়রকই—

"অনাবদগী লোন্না ঈ লৌবা করিগীনো ?"

অমনা অমুক লাওরকই—

"মহাক চুরানথাবনি, মীহাৎপনি, উতুপ্না থোমদুনা হাৎসি" মখোয়না কোয়লাও লাওরমই— চুরানথাবা লৈরে! চুরানথাবা লৈরে!! থৎলো থৎলো।"

অরাবনি ডাক্তর উপায় লৈত্রে। কনাগনো মায়য়োক্নগদবা, শন্দোক্না তাক্নবগী মতমসু ফংদ্রে। মহাক মশা ফবা মীনি, হকচাং শাজেনসু তৌই। অয়ুক খুদিংগী পুংখায় অমমম ঈরোইগনি, খোংনা চৎপা শগোল তোংবা অদুবু নুমিৎ অদুগীদমক্তি চেনবা তারে খনথি। মহাক শরিৎ-শরাৎ হৈরমই, মরম অদুনা ইমুং অমদা চেনশিন্দুনা নাম্থোক্নবা হোৎনরমই। মহাকপু নুংশিবা মী খরনা মহাকপু লোৎপিরমই। উচিন-নাচিন্না হিংহৌবা হায়বদুনি। মসিগী মতুং খরা লৈরগা নিংথৌখোংদা লৈবা মহাক্কী মনাওনিপা জর্ম্ম সিংহ নাবগী পাউ ফংই। পাউ অসি হেক ফংবগা মহাক নিংথৌখোংদা লাকই। মনাওনিপা জর্ম্ম সিংহ-না ডাক্তরগী হিদাক কাপ্পবগী থূৎলাইশিং অদু উবদা কিবনা নিক্লমই। কিমন্দুনা লোৎখিরমই। মাগী মুপী

অঙাংশিংনা জর্ম্ম সিংহ কাছারদা ললোনবা চৎলুবগী রাফম অদু তম্লমই। ডাক্তর শাওবনা মমিস্ত। ঈ কারমই, অনাবা অদু থিবসু ফংদ্রে। মতম কুইনদগী মীয়াম্না মহাকপু শক খংবিদবগী অশাওবা অদু মনাও নিপাদা হৈথরমই, থিন্দনা পুলিসতা রিপোর্ট তৌরমই। রিপোর্ট অদুদা অনাবা অদুগী খুদোংথিবা ওইবা য়াবা পুম্নমক কুপ্না ইরমই। থিন্দনা রারেন্ট থাদুনা দারুগা-না জর্ম্ম সিংহ ফারমই অমসুং মখা তানা লায়য়েংলমই। অনাবা অদু ফহল্লি।

নোংমসু গোবর্দ্ধন-না মহাক্কী মমাংঙৈগী মরুপ অমা কল্লা নাবগী পাউ ফংলমই। নুমিদাংরাইরমদা হংবা চৎলমই। মরুপ অদু য়াম্না শোল্লে হৌগৎ কাংখৎপা রারে। লাইহৌসু কল্লা হৌরমই। লোক খুবদা ঈ য়াওরমই। নুমিদাং অদুদা অনাবগী মনাক য়াম্না নক্না কালি কাবা পোদোন অমা থাল্লমই। টি, বি-না নারে হায়বা খংলমই। হায়রমই—

"য়ারবদি অপিকপা মিংশেল থাউমৈ অমত্তা লৈনবা তৌবিয়ু অদুগা হকচাং কনখৎনবা য়েনগী মরুম খরা চাবিয়ু। হিদাক খরা কাপ্পগা শোয়দনা ফখিগনি।"

ডাক্তরনা মখা তানা হায়—

"থোংনাউ হাংদোকপিয়ু, অয়ুক্কী নুংশা ঙায়হাক ঙায়হাক য়ায়বিয়ু। য়েরুম চাক্ত্রবদি ঙা অতেকপা থোংবা তোয়না তোয়না চাবিয়ু।"

অনাবনা খুমই—

"ডাক্তর বাবু ঐঙোন্দা করিমতা কান্নদ্রে। ঐ শিবগী নুমিৎ ঙাইরিবনি। মাইবনা পুক শুরগা ঙাইহাক্তং পোত্থাবগুম তৌই।"

নুমিৎ অহুদগী হৌদুনা ডাক্তর মহাক্কীদা তোয়না তোয়না চৎলমই, হায়রম্বা পাউতাক পুন্নমক অমতসু তৌরমদে। মিংশেল থাউমৈসু লৈদে। চানিংদে হায়দুনা ঙা, য়েরুম্নচিংবা চাদে। নুংশিৎ চংই নিংথমই হায়দুনা থোং থিংজিন্দুনা কা অহু মমহল্লি। ডাক্তরনা য়াররোই থল্লগা য়ুম অহুদগী অদুম হল্লক্লে মতম খরা লৈরগা পাউ তারে "দারুগা থম্বালম্না লৈত্রে।"

নোংমা নুমিৎ অমা তম্পাক্তা কুম্লকপা মতমদা শ্রীযুৎ খুরুম-নিংদুনা সনা 'কোম্নুংদা চৎলমই। নুমিৎ অহু শ্রীযুৎ মায়থোং লাংশিন্না নুংঙাইতবা রাখল অমা খনবগুম উরমই। শ্রীযুৎ সনাচরণ খুরুম্লবা মতুংদা ডাক্তরনা—

"শ্রীযুৎ সনা হকচাং ইরব্রা" হংজখি।

শ্রীযুৎনা ডাক্তরদা য়াম্না শেংনা পাউখুম্মীখি—

"গোবর্দ্ধন ঐগী ইচাগী অনাবা অসে ফরক্কব্রা হায়ববু নোংম নোংমগী হেজিল্লকপগুম উরে মসিনি ঐনা হৌজিক হৌজিকমক থল্লমলিবসি।"

ডাক্তরনা হায়রমই—

"মা য়াথং ফংলবদি ননায় হৌজিকমক মচা ইবেম্মবু য়েংজরুগে।"

ডাক্তর থুনা য়াংনা মচা ইবেম্মগী কা তম্না চৎলমই অমসুং খুৎলায় থাদুনা য়েংবদা মচা ইবেম্মগী মীহুল অহু শাথিনা পিকথখ্রে

হায়বা খংলমই। ডাক্তর পাউ অদু পিননবগীদমক শ্রীযুৎকী নাক্তা থুনা য়াংনা লাক্লমই। লম্বীদা অসুম চৎনা চৎনা উরমই মদুদি সনাকোনুংগী কাতুপ খুদিংদা লৈরিবা থোংনাও খুদিংমক লোন্দুনা লৈ। কাতুপ খুদিং থোংনাও মরাং কায়না ফাৎলি অদুবু ওন্নমক থিংলি। নুমিৎ অদুদা শ্রীযুৎকা তান্নদুনা কোনুংদা চৎনরিবা হক শেলগী অশোয়বা শরুক খুদিংমক চুমথোক্লবগীদমক খন্নরমই। শ্রীযুৎনা কোনুং মনুংগী থৌগল মচাশিং কৌথৎতুনা ডাক্তরনা হায়বা পাউতাক খুদিংমক ইনগদবনি হায়বা য়াথং অমা তৌবিখিরমই। নুমিৎ অদুদগী হৌদুনা ডাক্তর সনা কোনুং য়েংশিনবা নুমিৎ খরনি চৎলমই। ডাক্তরগী মশক হেক উবদা কোনুংগী থৌগল মচাশিং অমদি মহারাণী অমসুং মচা ইবেম্মশিং য়াওনা ইলাং লাংনরমই। মাগী মাগী তৌনরম্বা থাদোকতুনা মিহুৎথোং হাংবা চেনশিন্নরমই। মখোয় মশেল লাওনৈ—

"ডাক্তর লাক্লে মিহুৎথোং হাংউ।"

অসুন্না মখোয় ময়াম চেন্নৈ। অদুগা খরা লমহেনবা পাখং খরদি ডাক্তরগী মাইকৈ তম্না য়েংদুনা তান্নবা লাওরকই—

"হো ডাক্তর গোবর্দ্ধন অঙাওবা, হরায় মতোল চাম্বা" অসিনি। মখোয়না লাংলিবা পুন্নমক ডাক্তর তাখি অদুবু মতম অদুদা তাদবা শাদুনা চৎখি।

ইম্ফালগী লম্বী থোং লৈরক কোন্নাং অয়াম্বা মথং মথং ফগৎলকপগা লোয়ননা ডাক্তরনা সাইকল তোংদুনা মরুপ মপিক্তা

কয়াগী য়ুমদা কোয়থোকপা চৎপা মতমদা শান্নদুনা লৈরম্বা অঙাং মপৈ মপৈনা ইত্তত্তনা লাওরকখি—

"গোবর্দ্ধন ডাক্তর অঙাওবা !

গোবর্দ্ধন ডাক্তর অঙাওবা !"

মণিপুর. মণিপুর সনা লৈবাক হায়নবা মফম অসি মপানগী মচু কয়া শংজিনখিবা খংহৌদ্রে। অংগ্রেজ অমদি বেঙ্গলি জাত অনি অসিনা তান্ন-তান্নদুনা হোৎচীল্লকপা অসিদা মৈতৈগী চৎনবী লমচৎ ব্যবহার কায়বা হৌরক্লে।

রায়েন চুপ্লী পায়রিবা বৃটিশনা মখল মখলগী খাজনা লৌখৎ-লকপদা প্রজাশিংগী মখোল থোক্তনা মরোল লোল্লক্লে—

"লৌখোংদগী ঙা ফাববু করিগী খাজনা লৌগনি।"

"চন্দন শেনখায় করিগী"

নুপী নুপা খায়নবদা লুপা ১ করিগী ?"

কিশি কিদুনা থমলে প্রজাশিংগী পুক্তা। ইংশোক ১৯৩৯ গী লোয়্নরমদায়দা অমুক্তা মীরম মচা লল্লোনবা খরনা মণিপুরীশিংগী থরায় ওইবা চেংদা থাদোক থাজিন শান্নবদগী অমুক্তা থোকখিদ্রিবা তাবদা ঙক্লবা মৈতৈ নুপীশিংগী থোৎলবা চিনবান্না লালগী ললাও লাওদুনা হোৎতোরক্লে। "নুপী লাল" কৌনরে চেং রানবা ফংদ্রে সেরদা শিকি য়োৌরে। নুপীগী শোঞ্জরবী পাম্বোমদুনা নোংমৈ শঙ্গীন মরকতুদা থাঙ্গৎতুনা লাওই। "মণিপুরগী মপান্দা চেং থাবা য়ায়োই" শক্তি লৈরবা বর সাহেব, স্তুতো সাহেব মশা শাগল

লাক্তুনা চীংথোকলুই। অশোক অপন থোক্লে, শঙ্গীয় থিনবদা অঙাংবা ঈগী ঈথেং তারে। মৈতৈ নুপীশিং শোক্লবদা নুপাশিং তুমিন্না লৈথোকপা য়ারক্রে। নুপীশিংবু শোগৎপীনবা লৌশিং কয়া তাক-পিনবা নুপা কাওলুপ অমা চোংথোরক্লে। নুপীশিংনা হায়—

"নুপাশিংনা মপাল থোরক্তনা মনুংদা পোরম শিনবদা ওইবীয়ু"

হন্দক্কী নুপী লাল অসিদা মথরায় হকচাং য়াওনা হোৎনবীখিবা অশেংবা মরৈবাক নিংবা নুপা অমদি কমরেড ইরাবতনি।

লুচিংবা নুপা অসিগী মগুণদি থাত্নুনা লোয়নরোই, মৈতৈ লৈবাক্তা মহাক্না চাংদম্নিনিংঙায় লৈতে। মাগী কথোকপা মপান নায়দে মাগী থৌনা, পুকচেল চাওবা, মণিপুরদদি থম্বু থমথিসি পৃথিবীদা অতাংবনি। লময়ানবা অসিগী ঈ-তোং শারকপা মতমদা অরানবগী মাইয়োক্তা হৌনিংগনবা মী ওইনা তৌরকই। ছাত্র ওই-রিবৈগী মতমদা ওঝানা ছাত্র ফুবা মতমদা ঈ তাবমথৈ ফুবসি ইরাবত থাংবা ঙমদে। মহাক্না ওঝাগী মাইয়োক্তা হৌখি। মাগী চেফোং "মৈতৈ চনু" মাগী দল "নিখিল মণিপুর মহাসভা" অমদি "মহিলা সম্মেলনী" কৌবা নুপীতগী ওইবা সংস্থান লিংখৎপীদুনা নুপীশিংগী পাঙ্গল লৌশিং হাপ্লিরে। "অনৌবা যুগ" কৌবা চেফোং পুথোক্তুনা মণিপুরী ঐখোয় পংলগনুসি মিৎ-না শিংনা লৈরসি হায়না তোয়না তোয়না লাওরক্লে, মশামক ঈশৈ ওইনা ইরে ··

"থাঙ্গোল অত্নু ময়া থৌনা থাংউ হে লৌউবা।"

শক্লে মশামক্না, ঈরোইব হৈতবা মণিপুরগী প্রজা পুন্নমক ঈরাক্লদুনা শিবা ভারে থনবদগী মশামক্না, ঈপাক্তা চোংথদুনা

অমমমতা ওইনা ঈরোইবা তম্বীবা হৌরক্লে। পঞ্চায় মেম্বর ফম থাদোক্লে, ভিক্ষারি অমগুম চৎলে লমহাং-তুহাংদা চাদ-থক্ত তুমদনা। নুপী লাল হৌরকপা মতম অসিদা দলগী ওইবা মীফম কয়া তৌদুনা মিটিং কয়া তৌদুনা হৌরক্লিবা নুপী লাল অসিগী মরমদা খন্নবা হৌবা মতমদা রারী ওইনা পংশাংদা শাংদোক্লবগী মতম মাংহন্নবদু ইরাবত-না পামদে। মরমদি মতম'দুগী সরকারনা 'ওৎপদগী হোন্দাকতুনা ময়াং কারবারব্লাশিংনা ফৌ খোম্বদগী হেন্দোক্লুনা কৈথেন্দগী চেং য়োনফমদগী চেং খোমখিদুনা মীচম প্রজানা পৈশা পায়রগা চেং রানবা লাকপা মতমদা চেং রানবা ফংদদুনা কোয়ঙাওনবা মতম ওইরবনি। ইরাবতনা অসিগুম্বা মতাং অসিবু অসুম্না হায়—

"য়ুম মৈ চাক্লগা করিগী মিটিং মীফম, হুজিক য়ুম মৈ চাক্লবনি।"

মৈতৈ নুপী ইমা ইবেলশিংসু হনবা লৈতে। থা অনি চুপ্পা চেং থাবগী মাইয়োক্তা লাওই, ফৌ তকফম মিল পুন্নমক থিংজিনহল্লি, খ্বাইরম্বন কৈথেল লপলে। নুপী কয় জেলদা থমখি অতুম্নদি ওই-রবদা মণিপুরদগী চেং থাবা থিংখি। নুপী লালদি মায় পাক্লে।

অসিগুম্বা মতম অসিদা ডাক্তর গোবর্দ্ধন চুরাচান্দপুরদা লৈরি। চুরাচান্দপুর অসি ঈশিং নুংশিৎ কয়া পাংদে, শাথিরবা তুমিৎ জাৎ অমা লৈ, হেক চীক্লবদি অরুম হৌই। অদুগা লৈফমসু চীংথক ওইনা তৌই হায়দুনা ডাক্তর মহাকী সেবা অমা অনিদংগা মফম অসিদা লৈ। সেবাগী দমক পুবা মীশিং অদু য়াম্না হৈনদবা ওইনা তৌরে। য়ুমদগী খোংশানবা মতমদি হরাও হরাও থোরকই অদুবু

মফম অদু য়োরগা নুমিৎ খুদিংগী চৎলগে চৎলগে হায়দুনা ঙংবা হোরে নাক য়েক্তা খুল উদে, মী উদে নুমিৎচুপ্পা তুকক তুফায় চন্দুনা। "য়ুমদা কৈদৌঙৈ চৎকনি" হায়দুন হংদুনতা লৈরে।

"উচেক রায়া ফাওবা খোংদবা মফমসিদা করম্না লৈগনি" ডাক্তরনা হায়জিল্লি—

"উচেক সুক য়াম্না খোংলিবসিদি" মতম অদুনা হারি-না নিং নিং খোংলদুনা চীংথক অদু ইনিল নিল্লমই, অথাপ্পা চীংমায়দা মৈখু কাবদু খুদোম্বী থিল্লদুনা "য়েংউ তু! আদা মৈখু কারিবসিনি; মী য়াম্না লৈবনি নত্রবদবু কদায়দগী মৈ হৌগনি।"

মখোয় অনিগী মনুংদা অমদি লোম্না চেনখ্রে। শেখর কৌবা নুপা অমতা ঙায়হোরে। মহাকস্তু পোকপদগী অমুত্তা চীংদা লৈরক্কবা ওইবনা চীংথাগী লোক্তগী ঈশিং শোক্তুনা পুন্থলকপা য়াম্না রানা থোকই। নোংমদা ঈশিং বালটিন অনিদগী হেন্না শোকপা ঙমদে। মরম অদুনা ঈশিংগী য়াম্না অরাবা অমা ওই। য়ামখুলম কৌবা থম্মোয় চম্বা নুপা অমনা ডাক্তরদা হংই—

"হেপু ঐঙোন্দা ঈশিং শোকউ হায়দবা করিগীনে? ঐনা ঈশিং শোকপা নহাক চাবা য়াদবরা?"

ডাক্তর ঙাইহক্তং খুম্ফম থংথিদে। অওইংমক্তি, হৌজিক ফাওবা ডাক্তরগী ইমুং মনুংদা মৈতৈগী খুনুংগী চৎনবী য়ুম্বান পাল্লি। চাখুম

ফুঙ্গা, অমাং অশেং খায়না পাল্লি। চাবা থকপা মঙমদা ডাক্তরনা য়াম্না চেকশিন্না য়েংলবসু মাগী নুপী অঙাং অমসুং মশামকসু হিন্দু ধর্ম্মগী নিয়ম চপ চানা চৎলি। য়ামথুলমগী ইচম চম্না হংজরকপা রাহং অদুগী পাউখুম ঙাইহাক থল্লবা মতুংদা ডাক্তরনা হায়খি -

"য়ামখো! ঐখোয়দি নুমিৎ খুদিংগী ইরুজে; নখোয়দি লুদে। মৈতৈনা অমোৎ-অকায়বু মাংই হায়বনি। নহাক্না ইরুজরগা ঈশিং শোক্লবদি ঐ থক্কনি। নখোয় শাওবা য়াদে, মসি ঐখোয়গী চৎনবীনি।"

মথংগী নুমিত্তা য়ামখোলম ঙন্না লোক্তা ঈরুজরমই। মতম অদু নিংথমথাগী মুংশা থোকত্রিঙৈগী উন য়াম্না তাবা নুমিৎ অমনি। মহাক্না অঈংবা ঈশিং অদুনা মকোক তুমদুনা ইরুজরবগী মতুংদা ঈশিং পুন অথনবা অমা শোক্লমই। মকোক্তগী ঈশিং তপ তপ তারমই অদুগা মহাক্না শেৎলিবা অচোৎপা ফি অদুসু হোংদোক্তে, চুমজ্রিং ডাক্তরগী য়ুম তান্না কাখৎলকই। চীংগী অইংবা মুংশিৎসু কন্না শিৎলমই। মহাকপু হেক উবদা ডাক্তরগী ঈমুং মনুংগী মী পুম্নমক ইঙক ঙকখি। ডাক্তরনা লাওরকখি—

"য়ামখো, নহাক নিমোনিয়া তৌবা তারে। থুনমক নফি অকংবা হোংদোক্তুনা মৈ য়াইয়ু।"



## মঙাশুবা শরুক

ইং ১৯৪১ দা মহারাজ চুরাচান্দ K. C. S. I. C. B. E. শ্রীধাম নবদ্বীপতা অয়োইবা য়াহিপ তানখ্রে। মতিক লৈরবা নিংথৌ অসিগী থরায়না মপান থোকখ্রবদা তোপ তরামঙারক কাপ-তুনা মণিপুর পুম্নমক অরাবগী খোঙ্গেলনা নিল্লে। মতুং অসিদা পৃথিবীগী অনিশুবা লাঙ্গাওস্তু অস্তুম অস্তুম কনশিল্লকতুনা মণিপুরদা খ্বাইদগী অকনবা চৈথেং অমা পিররে। খংহোদনা মণিপুর অনৌবা ফীজোল অমা শেৎপগুম তৌখ্রে। জাপানশিংনা লোম্না ফাওজিল-লকতুনা মণিপুরগী খুঙ্গংশিংদা লৈররে। ইহান হানবা ওইনা অতিয়াদা এরোপ্লেন পাইরকপা উবদা পাঙনদেম মানবা অরংবা পোৎশক ময়াম নোংথক্তা পায়রে হায়দুনা য়েংনখি। ইম্ফালদা বম তারবগী মতুংদদি মী পুম্নমক য়ুম থাদোকতুনা চেন্নবা হোরে। সিফায়গী কাওলুপ স্নুনা তিল্লরে— গোরা, নেগ্রো, গুরখা, পঞ্জাবী, পাঠান। চীং ককতুনা অনৌবা লম্বী শেম্লে থোং কয়া শাদুনা অতৈ লমশিংগা খংনক নকশিন্নরে।

তুমু অমদি বর্ম্মাদগী মী য়াম্না মণিপুরদা চেনশিল্লকই। মুমিৎ কয়ানি চাদ-থক্তনা চেল্লকপনা মীশিংগীদমক লমাংদোংদা কেম্প শাদুনা থমই। অশোক অপন থোকপা অমদি অনাবা য়াওরকপা য়েংনবগীদমক ডাক্তর গোবর্দ্ধনবু কেম্প অসিদা থমলে। কেম্প অসিদা মী চামঙা হেন্না চেনশিল্লকই। অরাকপা খুদিং চানবা

চিঞ্জাক য়েল্লি। মনঙ্গন্দা নম্বো পোত্থুনা লাকপা মীশিং অত্থু হেক থুংলবগা পুংখায়মুক্কী মতুংদা শিবনা অয়াম্বা ওইশিল্লক্লে। অশিবা হোন্দোকপা গাড়ীনা লেপ্তুনা হোন্দোকপগী থবক তৌরি। ডাক্তর গোবর্দ্ধন অহিং তুমদনা হিদাক কাপ্পী অত্থুবু কান্নদে শিজিল্লকপনা মহেল্লি। মখোয়না পুজরকপা সনা লুপা ময়োমশিং তাত্থুনা লৈহৌই।

ডাক্তরনা মখোয়গী দমক করিস্থ তৌনিঙায় লৈত্রবদা হরিনাম শোল্লে মখোয়গী আত্মাবু লানবিনবা ঈশ্বরদা হায়জরে।

তোংজে মরিল লম্বেল ফাওত্থুনা জাপান চংশিল্লক্লে। মখোয়না নিংথৌখোং, লমাংদোংদা লোত্তুনা লৈরমই। হকথেংনবা লানফমদা জাপানশিং মরাইবক থিখি। মখোয়গী চানবা রেসন পুথোক পুশিন লম্বেল পুম্নমক থিংখি। মিকুপ খুদিংগী নোংথক্তা এরোপ্লেন পায়ত্থুনা লৈখি। জাপান লান্মী অয়াম্বা অহিংদা উরক-রারক্তা লোৎ-লোত্তুনা চৎনরমই। মখোয়না অফং অফংবা নাপি-শিংনা, হোংউ-লম্বাল পাম্বী থোংত্থুনা চারমই। মখোয়গী লান্মীশিং চাবা রাৎপগী নত্রগা য়েমৌনত্থুনা শিবা মশিং য়াম্নমই। অত্থুবু মখোয়গী থৌনাদি স্থকহন হনখিদে। মমৈদা মখোয়না খুলদা চংত্থুনা মীগী চাক অথোংবা মুনবা, লৈরম লৈরম্বা অয়োকপা শা, ষণ, হাৎপগী থবকস্থ তৌখি। পাও অসি বৃটিশ সরকার থংলত্থুনা সিফায় প্লতন কয়া মাইকৈ অশোমদা থোমজিল্লক্লে। নোংমা হকথেংনবা লানফমদা স্থপ্পগী জাপান মঙাথক্না বৃটিশ লান্মী মপৈ অমগা নোংমৈ কপ্পরমই" গোড়া সিপায় মশিং খংদনা হাৎলবগী

মতুংদা নোংমৈ মচাক লোয়রব্রবা মখোয় মঙা হিংনা ফারমই অমসুং বুঙনা নেৎপতনা মখোয় মঙাগী মথরায় লৌখিরমই। এটোম বোম থাদদুনা হিরোসিমা উৎ ওনব্রবগী মতুংদা মখোয় মায়থিরে হায়বা য়াখিরমই।

অসুম্না পৃথিবী শিনথুংনা এটোমগী অকিবা লৈরবা মতম অসিদা মণিপুরদদি য়ুমথোং খুদিংদা অন্ধবিশ্বাস কোকত্রি। অসিগুম্বা লান্না লৌবা অসিবু হকথেংননা মায়োক্নখিবদি মণিপুরগী অহানবা ডাক্তর অদুনি। নোংম লাল খরা খরা হঞ্জিন্নরকপা মতমদা মী অয়াম্বা মাগী মাগী ময়ুম মকৈ য়েংশিনবা, শেমজিন্নবা লাক্নবগী মতম অদুদা গোবর্দ্ধনগা অরাম্বম ইবুঙোহলগা উনরমই। মরূপ অনি অদু মতম কুইনগী মতুংদা উনবা ওইবনা হরাওনদুনা খুৎ শোক্নরমই। অহানবদা হেন্দ-শেক তৌনরমই। মতুংদা বেঙ্গলিনা রারী শানরমই, মতুংদা অমুক ইংরাজিনা ঙাংনরমই। মমৈথংদা নোক্ল নোক্লদুনা মৈতৈলোন্দা ঙাংনরমই। রারীগী রারী ওইনা মণিপুরগা অতৈ লৈবাকশিংগা খেন্নবদু পুথোক্তুনা ঙাংনরমই—

"মণিপুর অসি কলাগী মরমদা য়েংলুরবদি থোইদোক হেনদোকপা মগুণ কয়ামুক লৈ অদুম ওইনমক বৈজ্ঞানগী অমদি হকশেলগী হিরমদা য়েংলুরবদি হায়নিঙাই লৈতনা শোথরি।"

"তশেংবনি অদুবু মাংথানা চৎখৎলুরবা ঐখোয়না অতৈসু লাকপা য়ানবা লম্বী তরু তরু শেংদোকপিবা তাবনি। চীং অমসুং তমদা অরানবা থাজবা কয়ামুক লৈরিবসি ঐখোয়গী লাইরক

থিবনি। মতম খরগী মতুংদদি মসি কোকথিবসু য়াই অদুবু হৌজিকমক্তি মসিনা ওস্থোক্লা নুঙায়তবা হায়বদু ওইরি।"

"হোয়নে অদুবুদি চুম্মিনে, নখোয় ঐখোয়সি লমসিদা মরিং মরাং হায়বদু ওইরবনি। ঐবু "হাও সাহেব হায়নরিবনি"।

"অদুগা ঐবুনা গোবৰ্দ্ধন ডাক্তর অঙাওব।"

মখোয় অনি কন্না নোকমিন্নরগা কায়নরকই।

লাম হুঞ্জিন্নরকই। লান্দা তেকখ্রবা য়ুম-কৈ অমুক হন্না শেমজিন শাজিন্নবা মতমনি। লম্পি-থোংগী মরমদা য়েংলুরবদি লাল মমাং অমদি লাল মতুং অনি অসি অমম্বগা অঙানবগা খেন্নবা অদুনি। মসিনা মরম ওইদুনা মণিপুর সনা লৈবাক অনৌবা য়াওল অমা ওনশিল্লক্লে। লাল্লুপ কাবা, পোৎথাং পুবদা নত্তুনা মৈতৈ মচানা ঠিকাগী মহাও খংহৌরে। মীরৈবাক মচাগী বুদ্ধি ক্লৌশিং চংখোনববু মৈতৈ মচানা খংজিনব হৌরকই। ফো কৈ অমা খিল্লগা অচম্বা পুন্সিদা নুঙাইথোকপা হৈবা মণিপুরী মচাশিং হিরম খুদিংমক মায়য়োক্নব হৌরক্লে। হৌগৎলক্লিবা নহারোল-শিংগী মওং মতৌবু য়েংল্লুরগা খংহৌদনা অহোংবা অমা লাকখি; ধৰ্ম্মবু থৌশাদবা, ঈশ্বর থাজদবা, মমা মপা কিদবা অসিনচিংবা। নুপামচাশিংনা ব্রা-ঙাংদবা সিনেমাদা পৈশা কয়ামরুম হুন্দোক্লমই।

ডাক্তরনা উরমই মহাক্কী মচাশিংগী মরক্তা লম হেল্লকপা য়াওগদৌরে। মতমগী ইরাংদা মখোয় চংখিগদৌরে। অদুগীসু মথক্তা মহাক্না মতম অয়াম্বা চীংদদা লৈবগী হৌনবা মচাশিংগা

পুম্না লৈমিন্নদে। মহাক্না মচাশিং পুম্নমক মপান্দ থাবগী রাখল তৌরমই। মখোয়দা হায়রমই—

"পিতা ধর্ম্ম পিতা সর্গ
পিতহি পরমংতপো প্রিয়ন্তে সর্গদেবতা।"

"ঈশ্বরবু থক কাওগনু, মপানা পেল্লবদি ঈশ্বরনসু পেনবিগনি।"

মতম অদু মহাক্কী থবক তৌবগী মতম চহি কুন্থ্রা শুখিরমই। থবক্কুগী পোত্থাবা মতম য়ৌরমই, মহাক্না ইংরেজী ১৯১৪ দা ডাক্তর অমা ওইনা থবক পৌথিবনি। অদুবু মহাক নহা ওইরি মপাঙ্গল ফরি, মহাক্কী চহিগী থোয়না লিরমদে মরমদি মহাক শুপ্পগী ক্লাস viii তমক পাস তৌরগা ডাক্তর তমখিবনি।

ইং ১৯৪৪ গী থাৱান থাদা থবক্কুগী পোত্থাবগী চে ফংলমই। বিদায়গী থৌরম অমা পাংথোক্লমই। ইকায় খুম্নবগী মশক ওইরবা মণিপুরগী খ্বায়দগী ইহান হানবা ডাক্তর অসিবু ইকায় খুম্নবা ওইনা মণিপুর হকশেল বিভাগনা স্না মোহোর অমগী তকমান অমা খুদোল তমখি। "ঙসি ঐখোয়গী লৈবাক্কী ইহান হানবা ডাক্তর অসিবু ঐখোয়না মতিকচানা তৌবীমল উৎপগা লোয়ননা মহাকপু পেলহলগনি।" থৌরমদুদা মশক নাইবা কলাকার শ্রীভুবন নিমাইনা ঈশৈ কয়ামরুম শকখি—

"নুংশিগী তেন্না পাল্লবদা
মীগী ওইখী থরাই অসে
নুংশি লাংদা চংলবা মীদো
মল্লবনি সংসার অসে॥

কৃষ্ণগী প্রেমদা লুপ্পনী রাধা
করম্না থাংলি অয়নগী য়ুমদা
জটিলা কুটিলগী চক্রনা
কলঙ্কীনি হায়নৈ ত্রিভুবনা।

জাতি কৌবী শকহেনবী
লৈরাংলক্কগী অথোয়বী
পাম্মুবা চেংলো উবরা
নুজা ঐঙোন্দা তম্মুদা

শেমজরবীবা নাচোমনা
নুজাগী নাপ্পদা থমত্তুনা
নুংশিবী তথেল্লে
পাম্মুবদো লাক্লগা
লেন্নজগে মমাংদা।

ডাক্তর কির্ত্তিনস্তু মনোহরশায় মতেক অমা শকপিখি—

ডাক্তরনা থবক্তগী হেক পোথাবা মতুং থা অমগী মতুংদা লালগী অশোক অপন শোয়নাইহৌরবশিং লায়য়েংনবগীদমক ডাক্তর কৌরমই। থবক্তগী পোথাপবা ডাক্তর অমুক হন্না A.R.M. (আসাম রিলিফ মিজরগী) মখাদা থবক তৌরে।

পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাওগী মতুংদদি মণিপুর প্রজা অমদি ডাক্তর অনিগী মরক্তা করিগুম্ব খরা শকখং মায়খংনবগী ঈঙ্গিৎ অমদি ফংলে। চহি কুম্থ্রাগী মমাংদগী স্বপ্নগী অকক্কবা মীশক খরতনা—মহারাজ, বর সাহেব, মুটো সাহেবনচিংবা। ডাক্তরনা অসিগুম্বা খংবিদবা অসি খংনবা উপায় থিখি। করি করম তৌরগা খুল্লক লৈরক্তা চংলগা অনাবা য়েংবা ঙমগদগে খনখি। মৈতৈ মাইবগী মতৌগুম্না পুময়াৎ ফৈজোম শেৎতুনা চৎলগা হেক য়োবগা অস্লম্না হায়বা হৌই—

"য়াংকোক অমুক্তা পুথোরকউ, লাংথৈ খরস্তু থিবিরকউ" লাংথৈদ্র মতোলগা য়াংকোক্তা পুথোরক্লবা মতুংদা মহাক্তী খুজু খুৎলায় অতৈ কোন্না পুথোকই।

অহুবু হৌজিক্তি মহুমক্তি নত্রে অনাবা য়েংনবগীদমক ডাক্তরশং খুদিংমক্তা মী য়াম্না পৈবা হোরে। ডাক্তরগী লায়য়েং অমদি হিদাক্কী কান্নবা খংনরে। ডাক্তরশংশিংসু থবক চিল্লে। ডাক্তর গোবর্দ্ধন অহল মতম ওইশিল্লক্লে। মহাক্কা থবক চীনবা পুন্সিবু খ্বাইদগী মমল য়াম্বা পুন্সিনি হায়না খল্লি। মীওইবনা মানা মানা তৌবা থবক্কী মহৈ শোয়দনা ফংগনি হায়নসু হায়রমই। য়াবী শান্নবা মতমদা মচিন্দা ইতৎ-তত্তনা পল্লি।

"কর্ম্ম যোগ।"

"অফবা তৌরগা অফবা ফংগনি, ফত্তবা তৌরগা ফত্তবা ফংগনি।"

মথা মাইকৈদা লাইজাও থোক্কুনা মী পাকতক্লনা শিনখ্রে। মসিদগী হৌনা লাই থোক্তনবা টিকা থাবগী থবক চৎথরে, খুল খুলগী চৌকিদারনা মাগী মাগী খুলগী মীশিং অসুক্কি হায়বা খংহল্লি। মীশিং শুনা থোরক্কদ্রবদি সরকারগী মীনা নিংথৌদা হঙ্গৎলি। নিংথৌগী হুকুম মতুংইন্না টিকা থাহৌদবা মী খুদিং লাক্কুনা গারোদতা জরিমনা শিকি অমমম থিগদবনি।

টিকা থাবদা চিৎথহৌরবা মীশিং অহু লোৎখিদে। লোৎকেসু থনখিদে। মথোয় মীকোক শুনা গারোদতা কারক্কুনা শিকি অমমমগী জরিমনা থিরৈ।

পেনসন ফংলবা ডাক্তর গোবর্দ্ধন AMR গী থবক তৌবা চহি অহুমগী মতম শুখ্রে। মহাক হৌজিক অনৌবা দরখাষ্ট থাহুনা ষ্টেট সরকারদা থবক তৌনবা হোৎনৈ। অপি অপিবা অনৌ

অনৌবা থবক তৌই। মসুং অসিদা পৃথিবীগী অনিশুবা লাণ্ডাও লোয়খ্রে।

ভারতসু নিং-খা তমলে, চুরাচান্দ মহারাজ থুপখ্রে। মহারাজ বোধচন্দ্রনা মণিপুরগী সিংহাসন কারে। প্রজা পুম্নমক লাণ্ণেল্লুরগা হুঞ্জিন্নবকপদা ঙায়রি। দরবার মেম্বর, লৈবাক্কী অঙম-অথৌশিং ঙম্ন ইচায় চ'য়রি। লাল চেনবদগী য়ুমদা হুঞ্জিন্নরক্কবসু য়াঙরি। অয়াম্বা প্রজাশিংদি লালগী ক্ষতিপূরন তানবদা থবক চৌল্লি। মাই-পাক্লবা কংগ্রেসকী ফিরাল পায়রবা রাজনিতিরালাশিংনা অংগ্রেজ-শিংনা ভারত থাদোকখ্রবদা মিকুপ নাত্তম শিংবা হৌরক্লে। ভারতকী লমদায় ওইরিবা পিক্লবা মণিপুরদসু কংগ্রেসকী ফিরাল অমদি তুপিবু সন্মান তৌবিয়ু হায়না নিংথৌগী মায়োক্তা সত্যাগ্রহ অমদি অন্দোলন তৌবা হৌরক্লে। নিংতম্নবা মণিপুরবু অমুক হন্না ভারত সরকারগী সাসন মখাদা লৈনবা চক্রি থাংবা হৌরক্লে। সরদার পেতেল-না শরৌ শিন্দুনা নৌরিবা নিংথৌ অসিদা শিলোংদা কৌরগা লাঙ্গোয় চনশিনখ্রে। শিলোং খোংচৎকীদমক মহারাজগী লোয়নবা সিপায়, প্রাইভেদ সেক্রেটরী সনসম গৌরহরি য়াওনা অতৈ খোংলোয় পুম্নমক ঈ-পাউ অমতা ফাওনদনা রেদ লেন্দস-তা নুমিৎ ৫নি চুপ্পা ভারতকী লাম্মী তেঙ্গোল কয়ানা ভারত সরকারগী মখাদা লৈরে হায়না সহি তৌদ্রিফাওবা ফাজিন্দুনা থম্মীরে।

ঙায়োক চফুদা য়োক্লবা মহারাজ ভারত সরকারগা য়ানচে সহি তৌবদা মতারে—

"Agreement made this twentyfirst day of September, 1949 between the Governor General

of India and His Highness the Maharaja of Manipur.

... ... ... ... ... ...

Whereas in the best interest of the State of Manipur as well as for the Dominion of India it is desirable to provide for the administration of the said State by as under the authority of the Dominion Government.

... ... ... ... ... ...

Sd/- Bodhachandra

সহি অসি তৌরম্লগা মাইথিরবা নিংথৌ মাইথোং মক্না মরৈবাক্তা হল্লক্লে। চহি চা কয়াদগী নিং-তম্বা লৈবাক ওইহুনা পীক্লবস্থু পীক্লা নিংথৌশিংগী নিংথৌরেল ওইহুনা লৈবাক ঙাক্লকপা মৈতৈ ইপা-ইপুশিংগী তোপ-তোপ্পা লৈঙাক সাসনদি য়ারী ওইনা লৈহৌরনি। দরবার মীফম লৈররোই, মৈতৈ ইনাৎ খংলবা অঙম অথৌ ফম্নাইবা মন্ত্রীশিংবু নমদুনা কাংখ-থাং ওইহল্লে। লৌশিং লৈব্রবা মৈতৈ মাইচৌশিংনা ইরৈবাকীদমক ইরাৎ পূজা তৌররোই, মংখোয় লোয়না নুংনাংলে। অংগ্রেজশিংনা লৈবাক অসিদা মতম খরদং লৈরম্বদুদা নোংচুপলোমগী চৎনবী পুশিল্লক্লবা য়াম্না কন্না হোৎনরম্বনি অদুবু মৈতৈ ইনাৎনা ঙমহোই। তৌইগুম্বসুং হন্দক্কী মণিপুরনা ভারত্তা তিনশিনবা হায়বা য়ানচ অসিদি মৈতৈ কদোমদা চীংখিগদৌরিবনো হায়বা ঙমদ্রবনি। মৈতৈগী য়াইফবদি মৈতৈ নিংথৌনা পাল্লগতদা ওইগনি হায়না অহল লমন্না ঙাংনরক্কই।

হায়না হায়না মতম হৌখি, মৈতৈগী রাখলস্থু মতম মতমগী মতুংইন্না ওল্লে। নিংথৌ পান্দ্রবা মতম অসিদদি হুকুমগী মায়য়োক্তা ভাক্তা থবক তৌনরক্লে। কনানা হায় চাওখৎলক্লিবনি।

মীনঃ অরানবা থবক্ক তৌবদা হায়নিংঙায় লৈতনা থৌনা ফনরে। মণিপুর অনৌবা য়াওল ওল্লে।

মশাগী চহি লুম্ফ্ তরা শুরবা ডাক্তর গোবর্দ্ধন আইঃ টিঃ রোড ৪৪ হায়বা মফম অদুদা অপিকপা দিসপেনসরি অদুদা থবক পুনবা চে ফংলে। নাগাশিংনা লালহৌবা মতম্লি। আইঃ টিঃ রোড ৪৪ হায়বসি লৈফম চাফম নুংঙাইতবা খ্বাইদগী খুদোং চাদবা মফমনি। চংথোক-চংশিনগী পেসেঞ্জর পুবা হরাগাড়ীস্থু চেন্দবা মফমনি। ইমুং-মনুং নুংশাখি অহল মতম ওইরকপসিদ খুদোংথিবা মফম অদুদা চৎহননিংঙ্গে। থবক্তগী পোত্থারবা অহল ওইরবা নিপা অসিনা সরকারদা থবক নিজৈ, সরকার পায়রিবা মকোক ওইরিবশিংনা চংজরক্লবা মী অসিদা লৌহৌবা য়াবা খুদোংচাবা লৌই। ডাক্তর অতৈ নহা অহল পুম্নমক্না চৎনিংঙ্গবা লম্বী-থোং ফত্রবা মফম অসিদা চহি য়াম্খৈ চুপ্না অথাপ্পা অরাংবা চীংথক্তা চত্তুনা নোংজুনুংশা খাংলক্লবা অহল ওইরবা ডাক্তর অসিবু অমুক হন্না চৎননবা খুৎ থারি। অমরোমদা শিংলিদা ঈ চেল্লিবা অরোইবা স্বর হোন্দ্রিবা কমলাক কুরু শুংলবা ডাক্তর অসিনা চৎনবা থৌরাং তৌরি, মাগী থৌনা লৈরি। নাগা লালহৌবশিংনা অতম্মনা ডাক্তরদদি করিস্থু তৌরোই হায়না খল্লি। পৃথিবীগী অনিশুবা লাঙ্গাওদা কোকথক্তা উচেক পায়বদৌনা বোম পূবা এরোপ্লেন

কয়া পায়রবদস্থু লাংগী ডাক্তর ওইদুনা কোয়চৎ চৎলুরবা নুপা অসিনা নাগা লালহৌবশিংবু কিবা লৈতে।

য়ুমগী নুপী অঙাং অমত্তা পুদনা ডাক্তরনা মংগী অহুমশুবা মচা নিপা পুদুনা ৪৪ দা লৈরে। মফম অদুদা লৈফম লৈরমদে মরম অদুনা হেক য়ৌবগা রায়ান্দুনা লৈনবা য়ুম মচা অমা শারে, খোংহাম খুৎহামফম মপান থোকফম মচা মচ তোঙান তোঙান্না শারে। চীংগী লমদা য়ুম শাবদি উ-রা মরাং কায়না হৌবা মরম্না মচাক্নীদি রাদে রেবদদি ফজদে। হেক য়ানবগা য়ুংশিল্লি মৌবী মচ' মচা, উয়ুং মচা মচা ককথৎলগা হেক্ত য়ুংশিল্লি রানা উনা ফাওবা শেংনা তিদোক্তে। অকে-অগৌ য়াওদ্রবা পুন্সি মরেল পামজবা ডাক্তরগী য়ুম হায়বগী অর্থদি নুংশিৎ নুংশা মরাং কায়না চংবা চোৎ চোৎ লাওদনা মথক্ত। নোং য়ুদবা মফম অমদা অদুম য়ারবনি থল্লি। আউঃ টিঃ রোড-তা তিপ্পবগী হিদান লৈতে ডাক্তরনা রাগী কা থক শাহল্লি। চহি মতাং অসি য়ৌরকপদা রায় কৌবদা হায়খিদ্রবা নুপা অসিনা ইহান হানবা ওইনা নাগা নহারোলশিংগী লমচৎ ব্যবহার উবদা পুক্লিংদা অকিব পোক্লে। সরকারগী লাম্নাগা মখোয়গা মতম অয়াম্বদা নোংমৈ কাপ্পদুনা লৈ। পোৎ-চৈ পৈশা মুল্লি। সরকারগী হুকুম মতুংইন্না নুমিদাং মী মপাল থোকপা য়াদ্রে। ইরাং অসি অশুম অশুম হেঙ্গৎলকই। নাগা লালহৌবা মরি মঙা লাক্লগা ডাক্তরদা হিদাক পিয়ু হায়রৈ। লোল মহায় অদু অহল অমদা ঙাংবা রাঙাংগী মওং কায়বা অদু হাবদা ডাক্তর হায়নিংঙায় লৈতনা থরায় নুঙায়রমদে। মখোয়না—

"হায় মৈতৈ হন্নব ঐখোয়না পিয়্ হায়রবদি হেক পিয়্ ঐখোয় হিদাক্কী দরকার লৈ।"

অপিকপা ডাক্তরশং অসিদা স্বপ্নগী হিদাক খরতনি লৈরিবা মতুংদু মখোয়না নমতুনা পুখ্রে।

চীংদা চত্তুনিফু হেন্না লৈতুনা ময়ামগী সেবা তৌরক্রবা ডাক্তর কৈদৌঙৈদসু অসিগুম্বা "মৈতৈ হন্নবা" হায়বা খোনফম অসি তারকদ্রি। হেপ হেও হায়না য়াম্না নুংশিনা কৌনবা মীকৌ অদু চীংগী নহারোলশিংনা কদায়দা মাংতনগ্রবনো খংহৌদ্রে। নোংমসু অহিংদা ডাক্তরগী থোং থিল্লি, চীংথক্কা তাবা খুল অমদা চাবোকপী অমা শাথিনা লারে। মাগী নুপা অদু পুমডাও ডাওরে। অদুবু চৎকদবা লম্বীদি চুন্নগী লম্বী নত্তে, চীং কাগদবনি। পাঙ্গল ময়েং তাথরক্লবা ডাক্তর চীংদোন্দা থারিবা খুনদদা য়েংঙী, খল্লি—চৎত্রবদি অনাবদু শিবদি শোযদবনি।

"নখোয় থৌরি থৌরাং তৌ।"

থৌরিনা পাথে থইতুনা চীংথক্কা অনাবা য়েংবা চৎলবা ম্যাদতুনা চৎপনি। মরু কেমলবা হকচাংন খোংথাং মঙম শানবদি ঙমলকত্রে। খরা চৎলে কৃষ্ণ শোল্লি, হরে কৃষ্ণ—হরে কৃষ্ণ তোয়না শোল্লি।

চহি লুক্ষ তরা শুরবা ডাক্তর গোবর্দ্ধন অরাংবা চীংদোন্দা তাব খুলশিংদা অনাবা লায়য়েংবা তত্তুনা চৎলি। মডোন্দদি মতম কুইনদগী হৈনরক্লবনিনা করিস্তু লৈরবনি হায়না খল্লি। তৌইগুম্বসুং চহি য়ামশিল্লকপনা মরম ওইদুনা অরাংবা চীং কাবা মতমদা অশাংবা

থৌরি অমদা পায়রগা য়াম্না তপ্না কাবা হৌরক্লে। অনাবনা মহাকপু খৌরাংনা ঙাম্নতুনা লৈরমগনি হায়না খনবা নত্তনা মহাক করিসু খনবা ঙমদে। য়াম্না ঙম্না চীংলম্বী ওইবা মতমদা রা খরা ককলগা শগায় মচা অমা শারগা মতুদা তোংলগা চীংমীশিংনা পুবসু য়াওই। চৎন চৎন রারী রাতায় শাদুনা য়াম্না নুংঙাইনা চৎলি। অনাবা লায়েংবগীদমক তোঙানবা শেল পিনবগী চৎনবী লৈতে, অমুক হেন্না চীংগী লমদদি সুকখং খংদে। মখোয়না থরায় হরাওবা মতমদা চুজাক, মাইরেল, পান খরা ডাক্তরগীদমক খুদোল ওইনা তমই। পুন্সিনা চহি হুম্ফুতরা হায়গ্রবা মতম অসি ফাওবা মতৌ অসুম্না লেনখিবনি। অদুবু খংহৌদনা চীং অমসুং তম অনিমক্তা লৈবা অনৌবা মীরোলশিং অসিগী নিতি লমচৎ শাজৎ অসিনা অহল ওই-শল্লক্লবা ডাক্তর গোবর্দ্ধনদা য়াম্না খাংঙমদবা অমা ইতত্তত্তনা য়াওরক্লে। মতম কৌবী লাইরেম্বীনা অতোপ্পা ফীজোল অমা শেৎপনি।

চীংগী নহারোলশিংগী রাঙাং-শাঙাং, লমচৎ-ব্যবহার উরকপা অমসুং পাঙ্গল ময়েং তারকপনা মতম ওইদুনা ডাক্তর গোবর্দ্ধন ইহান হানবা ওইনা মথক্কী মীদা ৪৪ আইঃ টিঃ রোডতগী অতোপ্পা মফম অমদা পুথোকপীনবা চে থারে। ইকুই কুইদনা চে থোক্লে মহাক অমুক কাংচুপ্তা থম্বীরে। অদুবু মহাক্না উরমই, ওল্লক্লিবা য়াওল চীং অমসুং তম অনিমক্তনি। ধর্ম্মবু থৌশাদবা, ঈশ্বর থাজদবা, মমা মপা কিদবা, পুক্লিং রারতুনা মচাশিং লম হেন্দবা অমদি মতমগী ইরাংদা চংথিদনবা শ্লোক অসি হঞ্জিন হঞ্জিন্না থি মসিগী অর্থ হল্লি—

"পিতা ধর্ম্ম পিতা সর্গ
পিতহি পরমংতপো প্রিয়ন্তে গর্গদেবতা।"
ঈশ্বরবু খক কাওগনু, মপানা পেল্লবদি ঈশ্বরনস্থু পেনবিগনি।

মচাশিং অয়াম্বা মপান্দা লাইব্রিক তমহল্লি, মখোয়গী অফ-ফত্ত ঈশ্বরদা শিন্নে। অসিগী মতুংদা কাংচুপ্তগী শাগোলমাংদা অমুক চৎনবগী হুকুম থোকপা মতমদা মচাশিংনা থবক্তগী পোশাবিরো তোয়না তোয়না হোংদোক হোংজিল তৌমল্লে হায়দুনা শাওনরে। ডাক্তর তুমিন্না ময়াম্না থবক্তগী পোখানবা য়ৌ-য়ৌ ঙাংবদুদা করিস্থু খুমল্লে। নুনিৎ অদুগী নুংথিলদা কৈথেন্দা চৎতুনা শম তৈনবা হিদাক অমুবা লৈরগা হাজামদা পিরগা মাগী মশম অঙৌবদু মুশিন মুনা তৈশিল্লে য়ুমদা হায়—

"ঐগী পাঙ্গল কল্লি।" ইমুং মন্নুংগী মীশিংনা লোন্না লোন্না নোক্লখি। অদুগা মহাক্কা অকনবা ডাক্তর অমগী মতৌগুম শগোল-মাং দিস্পেনসরিদা চৎখি।

শগোলমাংদা লৈরবা থামুক্কী মতুংদা জেনেরেল ইলেকসন পাংথোক্কদৌরি মী খুদিংমক ভোট খোম্বদা খোয়রেল মশা পায়নরে। ভোট থাদবা নুমিৎ অদুদা ডাক্তরবু মাগী মচা নুপী অহল ডাক্তর সত্যবতী-না কার পুদুনা লৌবা লাকই। ভোট থাদগদবা মফমনা পিটিগ্রেউ স্কুলদনি। স্কুলগী লম্পাক্তা কার থারগা মচা নুপীনা হায় "পাবুং থাদবিরুরো থাদগদবা মফম কাওগনি চক্রি তোম্বীদনিকো" ডাক্তরনা খুমই—

"ইবেম্মা ইপাদি তেরাগী ইবোমচাদা শোয়দনা থাদগনি হায়না হায়দোকখ্রে, মঙোন্দা অদুম থাদরগে।"

মচা নুপী ডাঃ সৈত্যবতিনা তৌফম খংত্রদুনা—

"পাবুংগী হায়দোকখিবা জবান ঙাকপসিদি হায়রগা নোক্কু না লৈ।"

শগোলমাং ডিস্পেনসরিদা অঙাংশিংগী শঙ্গোম য়েল্লি। অহান অকোনগীদমক অহানবা লাকপনা মমাংদ৷ লেপ্পি। ডাক্তরনা মাগী মচাশিংস্মু পরেং লেপহল্লি। মচা নুপী অতোনবীসিদি লম থরা হেন্না তৌই। অমুক্তং লেপ্পুবদগী চৎত্রে। ইমুংদা শঙ্গোম মকুপ লৈত্রবদা ডাক্তরনা হংই "কৈদৌরে ইবেম্মা" পরেংদা লেপহৌত্রবরা।

"ঐদি লেপ্পা ঙম্মোই ঐগী শরুক্কু পুরকউ হায়য়ু।"

অঙাংগী নুংগী রাখল খংই অমস্তুং নাপল থাদোক্লবা অস্তুম্না হায়—

"ইশাগী থবক্তি ইশানা তৌজগদবনি।"

ইংশোক ১৯৬৩ জুন থাগী তাং ২৯ দা অতোপ্পা থবক্তগী পোত্থানবগী হুকুম-চে অমগা অমুক ফংলমই। মরম অদুনা মহাক শগোলমাংদগী ইম্ফালদা লাক্লে। অদুবু মহাক্কী মখুন্তা শুপ্লগী শেল থরত ফাওবা লৈত্রে। মহাক্কী মচাশিং ঙম্নমক লাইরিক তম্নরি অদুগী মথক্তা ডাক্তরগী থা অমগী তলব হায়বা অসিদি থা খুদিংগী কোম্নদবা ঙাক্কনি। ডাক্তরনা লৈরু-লৈরুবা মফম খুদিংদা হুকান্দগী নোংম-নোংমগী চান-থক্লবা পোৎ শোৎলি অদুগা তলব হেক ফংবগা শিংই। ডাক্তরনা মানা লৌগদবা পোৎশিং মথং মনাও নাইনা ইরগা মহাক্কী

মীদা হুকান্দা পিরুচো হায়দুনা থাই। অদুবু হুকান্দার অয়াম্বনা মহাক্কী খুৎঈ পাবা থোক্তে অদুনা অনিরক অহুমলক চৎনৈ। মরম অদুনা মমৈথংদদি মহাক মশানা চৎতুনা পোৎ অদু লৌই।

অমুক হন্না থবক থাদোক্লবগী মতুংদা মঙোন্দা শেল লৈতবগী অরাবা হৃকচিন্না ফংলমই। অসিগীসু মথক্তা ইং ১৯৫৭-৫৮ দা মহাক্না সরকারদগী য়ুম শাগে হায়দুনা লুপা লিশিং অহুমথক পুরমই। শেন্দোন অসি শিংনবগী মঙোন্দা অতোপ্পা উপায় অমতা লৈত্রে। মরম অদুনা মহাক্না মহাক্কী মচা নিপা য়াইমা সত্যপ্রিয়দা শেনফম অদু শিংনবগী হায়রমই। শেনফম অদু শোয়দনা শিংগনি হায়না সরকারদা চে অমসু থাখিরমই।

চহি য়াম্লবসু মহাক পোত্থাবা হৈনদে অমস্থং পোত্থানিংদে। মরম অসিনা মহাক্না থবক্তগী হেক পোত্থাবা থা অসিমক্তদা খোয়া-থোংদা লৈবা নিয়ু গার্লস এণ্ড এদলত স্কুলদা হায়জিনগী ওজা অমা ওইজগে হায়না দরখাস্ত থারমই। স্কুলগী সেক্রেটরীনসু হরাওনা য়ারমই। অসুম্না মতম খরা অফবা ওজ্জা অমগী মতৌগুম্না ছাত্রশিংগা লোয়নরমই। মশাগী চহি হুম্ফুতরা শুরবা ফাওবা মহাক লাইরিক ময়েক অকুপ্পা পাবা ঙমই, মশা কল্লি।

মণিপুরগী ডিস্পেনসরি খরা প্রাইমারি হেলথ সেণ্টর ওনখ্রে। অদুবু হৌজিক ফাওবা ডাক্তরগী মশিংদি অহুম্মক রাৎলি। মতম অদুগী চীফ একজিক্যুটিভ ওফিসারনা পেনসন ফংগ্রবা ডাক্তরশিং অনৌবা ডাক্তর খরা থোরকত্রিবা ফাওবা থবক পুবা য়ানবগী

হুকুম অমা থোকখিরমই। ডাক্তর গোবর্দ্ধনবু শগোলমাংদা অমুক হন্না থবক পুনবগী অয়াবা চে অমা পীরমই। অদুবু হন্দক্কী খোংচৎ অসিনা মহাক্কী পুন্সিগী অরোইবা খোংচৎ ওইখি। শগোলমাং ডাক্তরশংগী হেক মমাংমক্তদা পুখাও তুরেল চেল্লি। তুরেল অদুগী ঈশিং য়াম্না ফজে। ডাক্তরনা অয়াম্বা মতমদা তুরেলদা ঈরুজে। নোংমদি মহাক তুরেল খোংনুংমক্তগী য়াম্না রানা কাথৎলক্লমই। ইহান হানবা ওইনা মহাক্কী কিদনিদা অনাবা অমা লৈরে হায়না চিংনরমই।

মখা তানা লায়েংনবগীদমক ছুটি লৌদুনা মাগী লোক্লাওবুংগী ময়ুমদা লাক্লমই। ইম্ফাল ডিষ্ট্রিক্ট হোসপিতালদা ওপরেসন তৌরবগী মতুংদা কলকতা চিত্তরঞ্জন কেন্সর হোসপিতালদা থা অমা চুপ্পা লায়েংখি। অদুবু কান্নখিদ্রে। নোংজু-নুংশা কয়াদা কেন্নবা হকচাং পোলাং অদু কিন্থবা হৌরক্লে। মাগী য়ুম অদু মীনা পিক থনখ্রে। অনাবা য়াররোই হায়দুনা থৌরাং পুন্নমক লোয়নরমই। ইংশোক ১৮৯১ দগী হৌরদুনা মণিপুরদা মাইবগা ডাক্তরগা য়েৎনদুনা খৎনদুনতা লাক্লবনি অদুবু ঙসিস্তু মাইবনা অহিং য়ারেক্তনা অনাবা শঙলি। তোয়না তোয়না মিন্থন য়েংই।

"মচা-মশু কৌরো, শাগৈ-নাতৈ পাও তাকউ। ঙসি নিনি হুমনিগী মনুংদা থোক্লগনি।" মাইবনা হায়।

মাইবনা খুৎ থারবস্তু ডাক্তরশিং ময়াম চংদুনা য়াম্না কন্না হোৎনরি। হকচাংগী কাইথরকপা মওংবু য়েংল-য়েংলগা মখোয়না হিদাক কাপই, ওক্সিজেন পি। মখোয়না কৈদৌঙৈদস্তু অনাবগী

শিবগী নুমিৎ হায়দে, মখোয়না তৌবা হায়ববু মিহুলনা লেপথরবা ফাওবদা হিদাক থাহুনা য়েংই, করিগুম্বা মিহুল অদু অমুক লাকপা য়াবগী ওইথোকপা লৈ হায়বা মখোয়না খংই। অদুবু পুন্সিগী অরোইবা মতম লাক্লবদা অহল ওইরবা ডাক্তর মথৌদাং থৌশাদনা মচা-মশু, শাগৈ-নাতৈ কনাবুসু থৌওইদনা তরংদা স্বর হোল্লি। থমনুং কিকোয় লৌওনবীগী নমথাক লাংদা থুগ্রমাল্লে। চোকথরবা মল্লবা হকচাং পোলাং অদুবু থরায়না বিদায় পীরমলে।

চহি লেঙ্গা মান্নবা কমলাক কুরু শুংলবা অহল কয়া মাঙ্গোন্দা তুমিন-তুমিন ফম্লি। মখোয় নিংহন্নরমই। অশিবগী কু অদুগী মনাক্তা মখোয় অসুম অসুম নকশিল্লক্লবনি হায়বা রাখল অসি খল্লুবমক্তদা মখোয় শোম্বরে। মাংগী লম্বেল শাংহৌরবা অহলশিং অদুনা পিগী ইরা চেল্লবা রাওথাংনরবা মিৎ অদু রুমালনা তপ্না তপ্না তৈথোক্লমই।

ইংশোক ১৯৬৪ হায়রক্লে। মতম অসিদা চহি হুম্ফ্তরা, মরিফু শুরবা অহলশিং ইভাও ভাওরে, অনৌবা মণিপুরগা মখোয়গা চুনদ্রে। মনিংতম্বা মণিপুর, মহারাজ, প্রজা মীয়াম অমতসু অর্থ থোকখিদ্রে। মখোয়গী রা কনাসু তানিংদ্রে। নহারোলশিংগী ধর্ম্ম, রাখল, পুক্নিং, পুন্সি মান্নদবা ভাক্তা ভাইরে। হৌরকফম খংদবা, পম্বুংফম খংদবা ঈহৌ অসিগীদমক অহলশিংনা নহারোল-শিংগীদমক রাবীথি। অদুগা অদুকসু চাওখৎলক্লিবা বিজ্ঞান্না মখোয়বু হায়ফম খংদনা কিহল্লি।

অনাবা হংবা লাকপশিংগী মনুংদা লাইরেনময়ুম ইবোহল, লাইশ্রম কির্ত্তি, অরাম্বম ইবুঙোহল, শৌগাইজম সমরেন্দ্র,

খোংবানতাবম ইবেতোম্বী য়াওরমই। মখোয়না রারী শানরমই, অমুক লাক্লরোইদবা মনিং তম্বা নিংথৌগী চৈরাক, কা-হেনবা অমাং অশেংগী চৎনবীলক্তা খুঙ্গংগী প্রজানা কমদৌনা লাইরিক তম্নকপা অসিনচিংবা অহুবু মখোয়গী রারীদি তোপ তোপ্লবা মাংলমচৎকী রারী ওাক্তনি।

ইং ১৯৬৪ ফাইরেলগী তরেৎনি পানবা শগোলশেল নুমিত্তা ডাঃ গোবর্দ্ধন অরোইবা স্বর হোনখিরমই। নুমিৎ অসিমক্তদা ইম্ফাল তুরেলগী তোর্ব্বান্দা সংস্কার তৌখিরমই।

রেডিও, খবর চেশিংদা লাওথোকখি— মণিপুরগী ইহান হানবা ডাঃ গোবর্দ্ধন লৈখিদ্রে হায়না। শোক প্রকাশ তৌখি মরু ওইবা মণিপুরগী ডাক্তর খরনা।

ঙসি ফেব্রুয়ারী তাং ৬ নুংথিলগী পুং মরি তাবা মতমদা মণিপুরগী ইহান হানবা ডাক্তর গোবর্দ্ধন নোঙ্গাখ্রে। স্বর্গীয় ডাক্তর ইং ১৮৮৯ গী হিয়াঙ্গৈগী নোংম পানবা গোবর্দ্ধন পুজা নুমিত্তা পোকপনি। স্বর্গীয় ডাক্তর অসি চহি ৪৯ চুপ্পা থবক তৌবিরমই।

... ... .. ... ... ... ... ...

Administrative officer

কোপি—

1. The Bereaved Family.
2. Editor Prajatantra.
3. Editor Ngashi.

অসুম্না তেনশিনখি মহাক্কী রারবা শাংলবা পুন্সিগী রারী।

লোইরবা।